# ভূমিকা।

শ্রীশ্রী৺কৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী শ্রীচরণদা চংজবা গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী দীক্ষা ফংলবা মীনা তৌগদবা থাদোকপা য়াদবা বৈষ্ণব সদাচারবু শ্রুতি, স্মৃতি, পুরাণ অমসুং পঞ্চরাত্রনাচিংবা শাস্ত্রগী রাএন ময়াম্বু খোমজিনহুনা শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামীনা শ্রীহরিভক্তি বিলাসদা লেংই। মাহুদা শ্রীসনাতন গোস্বামী পাদনা ব্যাখ্যা তৌই, অদুনদি সংস্কৃত ভাষাদা ইবা, মাহুগী মথক্তা চাওমনবনাগা ঐখোইগুম্বা মীচম্নাদি লৌহুনা সিজন্নবা য়াম্না রাই, মরম অসিনা মাহুগী মরিক খরদং লৌহুনা ইমারোননা ইথোকই। অসিগুম্বা ঐখোইগী ভোঙমদবা নৈতবা অসিবু পামজাহুনা মতৌজবনি, হাঙৈনা এংবিহুনা ইজাতিনা দোষ ঙাকপীসনু। শ্রীশ্রী৺কৃষ্ণগী সেবাতবু পামজহুনা তৌবনি, হাঙৈনা লৌখিসনু। মাসিদা ইরিবা অসিদি মরিক অমত্তনি হাঙৈহুনা মাসিবু শ্রীহরিভক্তিবিলাসকণা কৌই। লাইরিক অসিদা অহানবা খণ্ড ওইনা য়াহৌবদগীনা মহাপ্রসাদ খুনবা ফাওবাগী মথৈ তংগী অম্পপা মওংগীমথৈ ইরে। মথংগী খণ্ডদা মহানিশা ফাওবগী প্রেমসেবা ইজগনি। মাহুদি পরিশিষ্ট ওইনা দীক্ষা তৌবনাচিংবা পুম্বা হাপচগনি। লাইরবা, জ্ঞান নৈতবগী তৌজনিংহুনা তৌজবনি, এংবিহুনা ঐখোইগী দোষয়ু ঙাকপীয়ু। ইতি—

শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা

মণিপুর ১১৬৫ শ্রীশ্রী৺কৃষ্ণজন্ম।

## সূচিপত্র।

এষ পূর্ব্বো দিশা·ভাগো ব্যাসেনামিততেজসা।
জয়া খ্যোভারতে নাম্না মণিপুরং প্রচক্ষ্যতে ॥
অস্মিন্ দেশে প্রসূতানাং রাধাকৃষ্ণৈকচেতসাং।
ভক্তি যোগবিধানার্থং কান্যাখ্যউদয়েগিরৌ।
আবির্বভূব গোবিন্দো ভাগ্যচন্দ্র দয়াবশঃ।



যস্য প্রভা প্রভবতোজগদণ্ডকোটি,—
কোটিষ্বশেষবসুধাদি বিভূতিভিন্নং।
তদ্ব্রহ্ম নিষ্কল মনন্ত মশেষ ভূতং,
গোবিন্দ মাদিপুরষং তমহং ভজামি ॥

ওঁ

# শ্রীশ্রীহরিভক্তি বিলাস কনা।

মায়াকৃতনমদ্‌ব্রহ্ম পরব্রহ্মনরাকৃতি।
শ্রীকৃষ্ণাখ্যংপরংধাম জগদ্ধাম নমামিতৎ ‖
বন্দেহনন্তাদ্ভুতৈশ্বর্যং শ্রীচৈতন্যং মহাপ্রভুং।
নীচোহপি যৎপ্রসাদাৎস্যাৎসদাচারপ্রবর্তকঃ ‖

—— *:(0):* ——

অথবৈষ্ণবনিত্যাচারঃ।

ব্রাহ্মে মুহূর্তে উত্থায় কৃষ্ণকৃষ্ণেতি কীর্তয়ন্।
প্রক্ষাল্য পানিপাদৌচ দন্তধাবনমাচরেৎ ‖

নোংচানগদবা পানীয়দণ্ড মরি লৈরিঙৈদা ব্রাহ্ম্যমুহূর্ত (নোংঙানলমদাই য়ুথক মতুং পুঙ ৪ তাবদা (১) ভারতকী ঘড়ী পুঙ৩ গা মিনিট ৩৮ তারগা) "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" সোন্দুনা ফমুংদগী হৌগৎকনি। খোঙ্‌খুৎ হামদোক্কনি, অতুগী তুংদা দন্ত ধাবন (য়া শেংদোকপা)সু তৌগনি।

---

(১) ব্রাহ্ম্য মুহূর্ত নোংঙনগদবা দণ্ড মরি বাৎপা হাঙৈবাসি অতেন অমাঃ স্তুতিগী মায়দে অতুবু গুরু চরণসীংনা মাসুম্না চাওরাক্না লৌমরকই,— অদুনা তৌবনি, তালয়েবাগী অহিং নোংঙাল্লমদাই য়ুথক মতুং পুং ৪ তাবা অদুদি সোইদরবা চাম্নবনি, মাতুবু খুল্লকত ঐখোইনা থম্বা ওয়দবানা ময়াই ওইনা লৌতুনা হাপকনি। মতম অসি খংদবা য়াদে, অহিংদা ষ্ট্যাণ্ডার্ড ঘ ৩ গা মিঃ ৩৮ তাদরিঙৈদা ঈরুজবদি য়াদে, মাংই, পুঙ অমু তারগা অপোক লমা দুরুময়বদি মঙ্গলার্তিনাচিংবা দেবসেবা য়াদে।

কমুংদগী হেক হৌগৎপগা ইহান হান্না তৌগদবদি-য়াবু শেং-দোকপনি। মাহু তৌদরিবৈদা হান্নবা সাধকনা শ্রীমন্দিরগী নাক্তা চৎপা য়াদে। চৎলুরবদি মতম্না খুদম ওইহনা তৌরিবা থবক পুম্নমকপু মাঙহনলি, অমুমনা শ্রীবরাহদেবনা হায়ই। য়াশেংদোকপদি অয়াবা চৈনা তৌগনি। মাতুনা য়াদবা মুমিৎতদি নাপীনাচিংবা পোং অতৈনা শেংদোক্কনি।

চৈনা দন্তধাবন তৌবা য়াদবা মুমিৎ,—প্রতিপদ্, ষষ্ঠী, অষ্টমী, নবমী, একাদশী, চতুর্দশী, পুর্ণিমা, অমাবস্যা, সংক্রান্তি, নোংমাইজিং, থাংজা, উপবাসতৌবামুমিৎ অমসু শ্রাদ্ধশোনগদবা মুমিৎতা "দন্তানাংকাষ্ঠসংযোগোদ্দহত্যাসপ্তমং কুলং।" চৈনা দন্ত ধাবন তৌবা য়াদে।

পৈঠিনসিঃ— "অলাভে বানিষেধে বা কাষ্ঠানাং দন্তধাবনং।
পর্ণাদিনা বিশুদ্ধেন জিহ্বোল্লেখঃ সদৈবহি ॥"

দন্ত ধাবন তৌনবা চৈ লৈত্রবদা চৈনা তৌবা য়াদবা মুমিৎতামু ঈনানাচিংবনা ( করিগুম্বা চৈ নত্তবা অশেংবা য়া শেংদোক্কবা মকু-পুনা থাঙকুপ মরানাচিংবনা শাবা কূর্চ্চ—কুরুক্ষগুম্বনাম্ন ) য়াশী ফত্ত-বাবু শেংদোক্কনি ( নত্রবদি য়াদা থুনাম্বা নমথিবা লৈরবদি মানা তৌবা থবক পুম্বা নিষ্ফল ওই, য়াশেংদোক্তবদি য়াদে ) অমসু দন্ত শেংদোকপদি, চৈনাচিংবনা য়াই, মাদি য়াদবা মুমিৎ লৈতে। দন্তকাষ্ঠ ওইনবা চৈবু স্মৃতিনা হায়ই, তিংথং পানবা অমসু মখোল থোকবা উ পুম্বা কৈ। কনমগা লোইনবা য়াম্ন কৈ, য়াদ্বদি,—পালোং, বক অকহ্ মথোংনাংনা য়াদে। চাওবনা পুম্নাওবী মরুম চাওবা খুদো ১২ শাংবা কৈ।

আচম্য বসনং রাত্রেস্ত্যক্ত্বান্যৎ পরিধায় চ।
পুনরাচমেন কুর্য্যাল্লেখ্যোন বিধিনাগ্রতঃ ॥২

দন্ত ধাবন লোইরবা তুংদা অহিং শেৎপা ফিবু হোংদোক্না আচমন তৌরগা অমোকসু আচমন তৌগনি। (আচমন অনিরক হয়া তৌগনি)।

অথেচ্ছন্ পরমাং শুদ্ধিং মূর্দ্ধি ধ্যাত্ব াগুরোঃ পদৌ।
স্তুত্বা চ কীর্ত্তয়ন্ কৃষ্ণং স্মরংশ্চৈতদুদীরয়েৎ ॥৩

অদুগী মতুংদা মহাকপ্ থোংদোকনা শেংনবগীদমক কোক্তোনদা (আগমনা হাঙ্গী, কোকতোনদা অহোবা লৈ মাদুদা মনালীশিং অমা পানবা থম্বালদা খুংনা ব্যাখ্যা কৌবা মুদ্রা সাদুনা লৈবা, পাং খোম অনি অমসু মীং অনি পানবা, পীতবর্ণ ওইবা, পরমাত্মা ওইবা শ্রীগুরু লৈ) শ্রীগুরুগী শ্রীচরণ অনিবু নিংসংগনি অমসু লৈশি লৈথোনদুনা খুরুমগনি। শ্রীশ্রীকৃষ্ণবু শ্রীচরণদগীনা লাইপক ফাওবগু নিংসংগনি মাসুমা তৌদুনা শ্রীভাগবতকী শ্লোক (ইগদোরিবা) অসিবু চিন্না কীর্ত্তন তৌগনি অদুগা শ্লোক্কী অর্থ অদুবু নিংসংদুনা লীলা, গুণ অমসু নামবু নিংসংদুনা, শোন্দুনা নববিধাভক্তিগী অঙ্গ অহাংনবা অদুসু তৌগনি।

জয়তিজননিবাসো দেবকীজন্মবাদোযদুবরপরিষৎ স্বৈর্দোভিরস্যন্নধর্ম্মং।
স্থিরচর বৃজিনঘ্নঃসুস্মিত শ্রীমুখেন ব্রজপুরবনিতানাং বর্দ্ধয়ন্কামদেবং॥৪

শ্রীকৃষ্ণনা পুন্নামক্কগী হেন্দুনা মতম পুন্নামক্কা লৈ, ইবুঙো মহাকনা থবাইপানবা পুম্বাগী থমোইদা অন্তর্যামী ওইদুনা লৈ, মনাইগী প্রেমনা ওমদুনা কংশগী কারাগৃহদা দেবকীগী মচা ওইনা পোকখ,

হাঙ্গনা তাংনবা, যহৃ শাগৈদা পোকপা অথোইবাসীংগী সভাদা লৈবা, মাগী পান্বোম খিবিকনা পাপ পুম্বাবু মাংহনবা। অচৎপা চংতবা, পুম্বাগী পাপ মাংহনবা, ইবুঙো মাগী শ্রীমুখনা ব্রজবৃন্দাবনদা গোপীসীংগী দ্বারকাপুরদা মহারাণী পুম্বাগী কামদেববু চাওখৎহন্নুনা মতম পুম্নমক্তা লৈ।

স্মৃতে সকলকল্যানভাজনং যত্র জায়তে।

পুরুষংতমজংবন্দে ব্রজামি শরণং হরিং ॥ ৫ ॥

মহাকপ্প নিংসংবতদা মী অতুদা অফবা মঙ্গল পুম্বগী তুংনফম ওইবা অতুগুম্বা মহাপুরুষ, পোক্তবা শ্রীহরিবু খুরুমজে, অমসু ঐনা চংজে। ৫।

বিদগ্ধগোপালবিলাসিনীনাং সংভোগচিহ্নাঙ্কিত সর্ব্বগাত্রং।

পবিত্রমাম্নায়গিরামগম্যং ব্রহ্ম প্রপদ্যে নবনীতচৌরং ॥ ৬ ॥

প্রাতঃদা বিদগ্ধ গোপরমণীসীংগী সংভোগগী চিহ্ননা শ্রীঅঙ্গ পুম্বাবু লৈতেংবা, অশেংবগী মশক ওইবা, বেদগী য়াথংনা ফংবা ঙমদবা মাখোল হুবা, ব্রহ্মবু ঐনা চংজে। ৬।

উদ্‌গায়তীনামরবিন্দ লোচনং ব্রজাঙ্গনানাংদিবমস্পৃশদ্ধ্বনিঃ।

দধ্নশ্চ নির্ম্মন্থন শব্দমিশ্রিতো নিরস্যতে যেন দিশামমঙ্গলং ॥৭॥

ব্রহ্ম্য মুহূর্ত্তগী মতমদা শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীকৃষ্ণবু খোজেল রাংনা শকলিবী গোপীসীংগী খোঞ্জেননা স্বর্গ ফাওবা নিনখরে, মাতুনা গোপীসীংনা যঙোম নৈবাগী গুড়ুম ২ হাঙ্গবা খোঞ্জেনগা লোইনাতুনা মাইকৈ তরামক্তা ফত্তবা লৈবা পাপ তাপ পুম্বাবু কোকহনখরে। ৭

মাস্নুম তৌহুনা শ্লোক মরি অসি কীর্তন তৌরবা তুংদা সম্প্র-দায়গী মতুংইন্না ভমজবা মথৈ, পাঠ, জপ, তৌগনি, অহুগা শ্রীমূর্তি সেবা পর্ম ওইবাগী সাধকনা শ্রীমন্দিরদা শ্রীভগবৎপু হৌদোকপা চংকনি। (মণিপুরদদি মাসিদা ইরুদ্রবদি চংতে)

শ্রীমন্দির তাননা চংলগা ছরিক, চকা পুঙনাচিংবাবু হায়া য়ৈহুনা ইবুঙোবু হৌদোকনি। অহুগী মতুংদা শ্রীভাগবত দশমস্কন্দদা হাঈবা শ্রুতিগী শ্লোক থিহুনা অতোপ্পা অভৈস্নু ভমজবগী মথৈ থিহুনা শ্রীকৃষ্ণবু সুপনগী মৈতনা মন্দির মপানদা নীরাজন (আরতি) তৌগনি, শ্রুতি স্তুতিদি,—

যথা শয়ানং শম্রাজং বন্দিনস্তৎপরাক্রমৈঃ।
প্রত্যুষেহভ্যেত্য সুশ্লোকৈঃ বোধয়ন্ত্যনুজীবিনঃ॥,

শ্রুতয় উচুঃ — "জয় জয় জহ্যজামজিত দোষগৃভীতগুণাং,
ত্বমসি যদাত্মনা সমবরুদ্ধ সমস্তভগঃ।
জগদোকসামখিলশক্ত্যববোধক তে,
কচিদজয়াত্মনা চ চরতোহনুচরেন্নিগমঃ॥" -ইত্যাদি-

মাসি থিহুনা মৈ হাঈহুনা আরতি তৌবা লোইরগা মথাদা ইন্নিবা অসি হাইহুনা প্রার্থনা তৌগনি,—

সোসাবলভ্র করুণো ভগবান্ বিবৃদ্ধ,
প্রেমস্মিতেন নয়নাম্বু রুহং বিজৃম্ভন্।
উত্থায় বিশ্ববিজয়ায় চ নো বিষাদং,
মাধ্বী গিরাপনয়তাৎ পুরুষঃ পুরাণঃ॥"

—অসিগুম্না ভগবান্ ইবুঙো নহাক্না মনাইবু য়াম্না থৌজানবিবনি, ইবুংঙো নহাকনা ইতং তংতনা হেনগৎপা প্রেমগী মোমোন নো-কপনা মীংঙ্গা থম্বা-বু পাংথোক্কুনা লেংখৎপীরগা তাইবং পুম্বাবু বিজয় তৌনবাগীদমক চরণ স্নাথম্বানখাদা চংজব: ঐখোইগী তাইবং মৈচাকপু নহাকী অমৃত সিনথবা য়াথংনা কৌবি ঙাংবিহুনা কোক-ইনবিয়ু ইবুঙো নহাক্তি পুরাণ পুরুষনি।

দেব প্রপন্নার্তিহর প্রসাদং কুরু কেশব।

অবলোকনদানেন ভূয়ো মাং পারয়াচ্যুত॥'

—হে ঙানথোইহনা সান্নবা ইবুঙো চংজরবা ননাইগী তাইবংগী অবাবায় কোকপীবা! হে কেশব। থৌজানবিয়ু অমোক হুন্না ইবুঙোগী মীৎএং তাবিহুনা তোল্লবা ননাইবু তাইবং ইপাক্তগী লানবিয়ু ইবুঙো।

মাসুন্না হাঙ্গজরম্নগা শ্রীমন্দির মন্নুংদা চংলগা ইবুঙোগী শ্রীঅ-ঙ্গদা থোল্লবা লৈসু নির্মাল্যবু লৌথোকনি, অতুগা সুপনাগী তুলসী-তদি লৌথোকফদে। নির্মাল্যবু লৌথোক্করবদি অচৌবা অপরাধ অয়ো-নবাবু ফংই।

মাতুগী তুংদা শ্রীহস্ত শ্রীমুখ, শেংনবা ঈশিং খুজোক ২ ওইনা কৎকনি। দন্তকাষ্ঠ. কৎকনি, অতুগা লৈ খেৎনবা কৎকনি। খুরুম ইবুঙোগী স্না মাংদা থাংজনগনি, লৈপাক অশেংবা কংকনি। ঈশিং খুজোক ২ ওইনা কৎকনি, শ্রীমুখ তৈথোকনবা ফিজৈ খুদৈ কৎকনি। অতুগী তুংদা পুণ্য ওইবা শ্রীতুলশীবু কৎকনি। অতুগী তুংদা ফজ বজবা শ্লোক থিহুনা পুঙ শেন যন্ত্রগী থোঙ্গেল সয়ামগা লোইনা-

হুনা "পঠিত্বাথ প্রিয়ান্ শ্লোকান্ মহাবাদিত্রনিঃ স্বনৈঃ প্রভোর্নীরা· জনং কুর্যান্মঙ্গলাখ্যং জগদ্ধিতং।" তাইবংপানবাগী কননবগীদমক ওইবা মিংসু "মঙ্গলাতি"কৌবাবু কংকনি। মাহুদা "নীরাজনং ত্বিদংসর্বৈঃ কবর্ত্যং শুচি বিগ্রহৈঃ। পরম শ্রদ্ধয়োত্থায়দ্রষ্টব্যঞ্চ সদা নরৈঃ। স্ত্রীনাং পুংসাঞ্চ সর্ব্বেষামেতৎ সর্ব্বেষ্টপূরকং। সমস্ত দৈন দারিদ্র্যদুরিতাদ্যা· প শান্তিকৃৎ"— মঙ্গলাতিবু মশা শেংদোক্নুনা নিপা, নুপী, অহন, নহা পুম্বনা দর্শন তৌগদবনি, অদুগা মঙ্গল ওইহুনা লাইর, চুথবা, অরাবা, অতনবা পুম্বা কোক্নুনা শ্রীভগবান্গী শ্রীচরন্ সে· বাবু ওমই।

তেতোহরুণোদয় স্যান্তে স্নানার্থং নিঃ সরেদ্বহিঃ।
কীর্ত্তয়ন্ কৃষ্ণনামানি, তীর্থং গচ্ছেদনন্তরং ॥"

মঙ্গলাতি দর্শন লোংরগা মতুংদা ব্রাহ্ম্য রৌদ্র মহুর্ত লোই· রবা তুংদা কৃষ্ণ নাম ময়াম সোন্দুনা শোন্দুনা তীর্থদা স্নানগীদমক চংকনি। "শ্রীবাসুদেবানিরুদ্ধ প্রদ্যুম্নাধোক্ষজাচ্যুত। শ্রীকৃষ্ণানন্ত গোবিন্দ সঙ্কর্ষণ নমোস্তুতে॥" নামসীং অসি শোন্দুনা চংকনি।

হুজিক্তি মৈত্রনাচিংবাগী হৌনবি হাঙ্গৈরি,— লৈরিবা য়ুমদগী সঙ্কোংলোমদা তেন কাপপদা য়োগদবা মফম হোন্দাক্লগা মৈত্রকর্ম্ম তৌনবা চংকনি। অসিনাচিংবা শাস্ত্রনা য়াএন কয়ামুক হাঙ্গৈরি, মাহুদি লম অচোবদা লৈবাগী ভাক্তনি। পাইখানা সাহুনা শেম· হুনা থম্বাগীদি নত্তে, মাখোই অদুগীদি মাংবা মতমগী মাইওন· ফাউবা অশেম্বাগী মতুংইন্না তৌগদবানি। তৌইগুমস্ু অমাংশং লেম্বা মতমদ শাস্ত্রগী য়াএনবু কাইদনা শেমগদবনি। মাহু নত্তনা পংশেম শেম্বদদি য়াদে।

লৈপাক্কী মথক্তা মাংবা, ঈশিং চৎপা য়াদে, নাপী থারগা তৌগদবনি। এংথংবা নাকোংদা নোগুণ হাপলগা তুংলোমদা চোন-থাহনগনি, ( মাসি নোংগুণবু মাংদনবাগীদমক তৌবনি করিগুম্বা মাং সোইরিভৈদা নোগুণনা নাদগী তারবদি মাংই, অমা অমোক হোংগদবনি )। কোকপু ফিনা থুমগদবনি। বা ওাংবা য়াদে। লম-হাংদা তৌরবদি অহিংদা মথা অমম্ন নত্তবদা অরাং ওনগদবনি। অতুম্বু দেব মন্দিরনাচিংবা লৈরবদি মাদোমদা মাই ওনবা য়াদে।

ছুজিক্কি শৌচগী ব্রাএন হাঈগে,— শৌচগীদমক লম অতুদা ফংবা অশেংবা লৈপাকপু লোহুনা থমগনি। ঈসিং মঙ্গুংদগী, মন্দিরদগী, লৈসৌবুংদগী, উচি মখুনদগী অমসু হায়া শৌচ তৌনখিবা মফম-দগী মত্তা অসিদগী লৈপাকনা শেংবা য়াদে। দেবলন হাঈ, - এং-থংবা খুংনা খোইগী মথাদা সিজন্নবা য়াদে, ওইবু খোইগী মথক্তা সিজন্নবা য়াদে। মাহুম্না শাস্ত্রনা হাঈ, ওইনা তৌবদা এংনা অমসু এংনা তৌবদা ওইনা মতেং পাংত্রবদি মাংই, মাহুদি ওইনা অমাংবা শেংবদা এংনা ঈশিং পাইহুনা পীগনি। মাহুগুম্না .এংনা ঈশিং থকপদা ওইনা এংতা শোকদবনি, লৈ চন্দন তৌবদা এংনা পীবদা ওইনা থুদাংদা শোকপা অহু হৌনবীনি, মাহুম্বু অম্বারব্ধ কৌই, খুং নামর্ভনা তৌবা য়াদে। মাংবা লোইরবদা পারস্করগৃহ্য সূত্রনা হা-ঈবাগী মতুংইন্না ( স্বয়ং প্রশীর্ণেন কাষ্ঠেন গুদং প্রমৃজীত ) শীঙ্ অথোংপনা গুদবু শেংদোকনি। অহুগা মাংফমদগী খোক্লগা শেং-দোক্নি মঙ্গু অমসু দক্ষনা হাঈ, মাহুদি "লিঙ্গদা অমোক, গুদদা অহুমলক, খুং ওইদা তরারক, খুং অনিদা তরেংলক, ওইগী খুং-

নম্মদা ভক্তকলক, খোঙ অনিদা অহুমক লৈপাক্কী ঈশিংগনা শেং-দোক্কনি। খুজিনবুনা নাপিনাচিংবনা শেংদোক্কনি। ঈশিং চৎপাগীদি স্মৃতিনা হাঙ্গী, মাহুদি লিঙ্গদা অমোক, খুৎ ওইঁদা অহুমক, খুৎ অনিদা অনি অনিরক শেংদোক্কনি।

মাস্থম তৌহ্নুনা ঈশিংগা লোইননা শেংদোক্কনি। ফি হোং-দোক্কনি,— হকচাং শেংদোক্কনি, আচমন তৌরবা "ততঃ শুদ্ধঃ স্মৃত্বা বিষ্ণুং সনাতনং" শ্রীকৃষ্ণবু নিংসংগনি অহুগা শেংই।

আচমন,— 'খুৎ ওইনা কুশী পাইরগা তামি=কোশানাচিং-বদগী ( তুরেননাচিংবদা ঈশিংদা তৌরবদি খুৎ এৎনা ) ঈশিং লৌ-খত্তনা ষণগী মনা শাবা ( খুৎপী, খুৎনাওবী অনিবু হাঙ্গৎরগা খুদোনবী, খুৎয়াই, অমস্যুং খুৎনিংথৌ হাঙ্গৎপা ) এৎকী খুবাক্তা হাপকনি। অহুগা খুৎপীগী খুজেংলোম থংবা মই অচৌবদা চেন-থহন্নুনা থকউ। মাস্থমা অহুমলক থকউ। খুৎ হামদোকউ। খুপী গী মরূনা চীনবানবু ( চপসিনহ্নুনা কোই হৌদবা মফম্বু থম্নগা ) তক্কনা শেংদোকউ। অহুগা খুদোনবী, খুৎয়াই অমস্যু খুনিংথৌগী মতোন অহুমনা তিন্দুনা মতোননা চিনবান মথকপু শোকউ, খুৎ এৎপু হামদোকউ, অহুগী তুংদা খুৎ এৎনা ঈশিং পাইরগা খুৎ ওইঁদা, খোঙ অনিদা, অমস্যুং কোকতা ঈশিংনা চাইথোকউ। অহুগী তুংদা খুদোনবী, খুৎয়াই অমস্যু খুৎনিংথৌ তিন্নাহ্নুনা মতো-ননা চীন মথক্তা শোক্কনি। মথং মথং খুৎপীনে অমস্যু খুদোনবীনে অনিগী মতোনবু ঈশিং চোৎহনলগা নাতোন এৎ ওইদা শাকউ। অহুগা খুৎপীনে অমস্যু খুৎনিংথৌনে অনিগী মতোননা ঈশিং এৎ

ওইদা শোক্ননি। মাতুনা নাকোং এং ওই শোক্ননি। খুংগীনে খুং-নাওবীনে আংগী মতোননা খোঈদা শোক্ননি, খুং অহু খোইশো-লুবদগী মাংগে শেংদোকউ। খুং এংকী মতোননা থজিন শোকউ। খুং এংকী মতোন মচানা কোক্তা অমসু পাম্বোম মক্ক এং ওইদা শোক্ননি। অতুগা খুং হামদোক্ননি। ঈশিং ৩লক থকপদগীনা মাসি ফাওনা তৌবু আচমন তৌবা কৌই, থবক খুদিংদা মাসি অনি-রক হন্না তৌগদবনি।

মুপীনে, শূদ্রনে মুগুণ থাংদরিবা অঙাংনে মাখোই অসিদি আচ-মন তৌবদা খুং এংকী মতোন পুন্নমকনা লৌতুনা চিনদা অমো-ক্তং ঈশিং চাইসিনগনি। মাতুনা আচমনগী ঈশিং থকপা মাংগা ইগীদি লোইরে। অতুগা চিন শোকপনাচিংবা খুংলোন ময়া ... মাখোইসু স্ননা তৌদবা য়াদে। মরমদি আচমন তৌদরিবা-খৈ মীদি শেংদে। করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবা য়াদে মহৈ ফংদে।

মথক্তা হাঈখ্রবা আচমনগী খুলোন অসি বৈদিকী তান্ত্রিকী আচমন মখল অনিমক্তা মাসুন্না তৌগনি। বৈদিকী আচমনদা শো-নগদবা মন্ত্রদি বেদগী মন্ত্রনি তৌগদবা থবক অমসু মতমগী মতুংইন্না হোংই। বৈষ্ণবতি শ্রীভাগবতনা তান্ত্রিক বিধানগী মতুংইন্না তৌ হাঈনা তাকই, অতুনা তান্ত্রিক মন্ত্র শোন্দুনা আচমন তৌগনি। তৌইগুমসু বৈষ্ণবসু বৈদিকী উপাসনাদদি বৈদিকী মন্ত্রনা আচমন তৌগনি। বৈষ্ণবনা বৈদিকীবুদি চান্নন থাবা য়াদে, বৈদিক সন্ধ্যা উপাসনা তৌরগা মথংদা তান্ত্রিক উপাসনা তৌগদবনি। বৈষ্ণবকী আচমনদা আচমন খুদিংগী মন্ত্র হোংদে। শ্রীকৃষ্ণগী নামতনা আচ-

মন তৌগনি। মাহুদা তোঙানবদি শ্রীকৃষ্ণগী নাম ময়ামদগী নাম অমনা শোননিংবা মখৈ শোন্দুনা আচমন তৌবদি য়াদে। মরমদি আচমনদা মাহু মাহুগুম্বা নাম অহু শোনলু হাঈনা শাস্ত্রনা তাকই। মাহু ইশ্বরবদি শিষ্টগী আচর ইন্দবাগী দো'ব লৈ অহুনা কর্ম্ম অহুগী অকয়বা নামনা কর্ম্ম তৌগনি। মখল অমানাবু আচমনদি বৈষ্ণবনা চরনামৃত থকখ্রগদি হুমিৎ অহুমা আচমন তৌবা য়াদে। হুমিৎ অহুমা চুপনা আচমন তৌরগা শেংবা অহু ওইহুনা লৈ। চরণামৃত থক্লবা মথক্তা অমোকস্থু আচমন তৌরবদি চরনামৃতবু থাজদবগী দোষ পুই।

বৈষ্ণবকী আচমন ওঁ কেশবায়নমঃ, ওঁ নারায়নায়থনমঃ, ওঁ মাধবায়নমঃ মাসিনা ঈশিং অহুয়ক থকপাগীনি। ওঁ গোবিন্দায়নমঃ, ওঁ বিষ্ণবেনমঃ মাসি হাঈহুনা খুৎ অনি হামগনি। ওঁ মধুসূদনায় নমঃ ওঁ ত্রিবিক্রমায় নমঃ মাসিনা চিনবান তকথোকপাগীনি। ওঁ বামনায় নমঃ, ওঁ শ্রীধরায় নমঃ মাসিনা চিন সেংদোকপনি ওঁ হৃষীকেশায় নমঃ, খুৎ অনি হাম্নাবনি। ওঁ পদ্মনাভায় নমঃ মাসিনা খোংদা ঈশিংনা চাইথোকনবনি ওঁ দামোদরায় নমঃ মাসিনা কোকতা ঈশিংনা চাইথৎনবনি। ওঁ সঙ্কর্ষনায় নমঃ চিন শোকউ। বাসুদেবায় নমঃ সিনা নাতোন এৎ ওঁ প্রত্যুম্নায় নমঃ নাতোন ওই শোকউ। ওঁ অনিরুদ্ধায় নমঃ মীৎ এৎ। ওঁ পুরুষোত্তমায় নমঃ মীৎ ওই। ওঁ অধোক্ষজায় নমঃ না এৎ। ওঁ নৃসিংহায় নমঃ ওই। ওঁ অচ্যুতায় নমঃ খোই, ওঁ জনার্দ্দনায় নমঃ থজিন্। ওঁ উপেন্দ্রায় নমঃ কোক। ওঁ হরয়ে নমঃ পাম্বোম মরু এৎ। ওঁ বিষ্ণবে নমঃ পাম্বোম মরু ওই শোকনি। মাসি বৈষ্ণবাচমননি।

ইরুবা— বিষ্ণু পুরাননা হাঙ্গৈ, তুরেন, পুথি মথন্তা ঈশিং লৈ-জবা মীনা শেম্বা নত্তবা, চীওদগী চেনথরকপা লোকই, কুহাদগী চিং-খৎপা ঈশিংনা ঈশিং মপানদা লৈছুনা স্নান তৌগনি। করিগুম্বাদা শোরুবা ঈশিংনা লৈপাক্তা লেপতুনাসু স্নান তৌগনি। ওমত্রগী নারবদা অপাবা ঈশিংনাসু স্নান তৌগনি। স্নান তৌদবা য়াদে মাশি নিত্তিগী তৌদবা য়াদথা অমনি।

দক্ষঃ— "প্রতর্মধ্যাহ্নয়োঃ স্নানং বানপ্রস্থ গৃহস্থয়োঃ।

যতেস্ত্রিসবনং স্নানং সকৃদ্ ব্রহ্মচারিণঃ॥

সর্ব্বে চাপি সকৃৎকুর্য়ুর শক্তৌচোদকংবিনা।

কিঞ্চ— অশিরস্কং ভবেৎ স্নানমশক্তৌকর্ম্মিণাং সদা।

আর্দ্রেণবাসসা চাপি পাণিনাবাপি মার্জ্জনং॥

বানপ্রস্থ ( য়ুম থাদোক্তুনা বনদা চৎখ্রবা) গৃহস্থ (য়ুম্বানবা মী) মথুল অনিনা অয়ুক্তা অমোক, নুমিৎয়ুংবদা অমোক নোংমদা অনি-রক ইরুগনি। ব্রহ্মচারী (বেদ তম্বা গুরুগী নাক্তা লৈবা )না অয়ুক্তা নুমিৎ য়ুংবদা অমসু নুমিৎ তাবদা অমোক নোংমদা অহুমক ইরু-গনি। মী পুরুমক লম্বোইবাসু পোইদবাসু নোংমগী অমোক্তং লুজ দবদি য়াদে অমোক্তং লুজবা অথুদ্দি নুমিৎ য়ুংবাগী ওইনা লুজগ-দবনি। করিগুম্বা লেনকদবমা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা ইরুবা ঙংহৌ-দ্রবাসু মী অতুনা লুরবা মতমদা নুমিৎ য়ুংবাগী ওইনা লুজবা হৌনৈ। মী অতুনা ঈরুনবা ঈসিং লৈত্রবা নত্রগা নাবনাচিংবনা ঈশিংনা চোৎ-পা য়াত্রবদি ঈশিং নত্তবানা মন্ত্র স্নাননা ( মন্ত্র শোনবনাচিংবনা')

স্নান তৌদবা য়াদে। ওমদ্রবা মতমদা কোক তুমদবাসু স্নান তৌবা য়াই, ফী অচোৎপদা হকচা পুম্বা তৈরবসু স্নান তৌবা চিংই। মা-তুসু নত্রগা খুত্তনা হকচাং পুম্বাবু নানথোকপাসু স্নান তৌবা ওই। অহিংদা নো য়াই মতুং ভারতকী পুং ৩ গা মিনিট ৪৫ তাদরিঙৈদা ইরুবদি, মাতুবু ঈরুবাগী সীংদা চনবা রাদে। ঈরুদরিবা কৌগনি। ফাতুনা পুঙসিং অতু তাখ্রবা তুংদা! ঈরুগদবনি। য়ুম্মাংবা য়ুমশেংবাগী ঈরুবা, সংক্রান্তিগী ঈরুবা, করিগুম্বা অমাংবা শোক্লারুবাগী লুজবা অমসুং জন্মদিবস (মপোক থাগী মপোক তিথি মুমিং) দা ঈশিং অসাবনা ঈরুব্রা য়াদে।

ইরুবদা হকচাং মাংনা মাংনা ঈরুবা য়াদে। শেংদ দোক্লগা ফী অশেংবা হোংদোক্লগা মশা তৈথোক্লগ কোম্না লুজগদবনি। ইরুবদা মন্ত্র সোম্বনা লুজগদবনি মন্ত্র=রা হাঈবা অতুনি ঈরুবদা মাগী রা হাঈতুনা লুজো, (মাতুদি মৈতৈরোননা হা-ঈরবাসু অতু মঙাই)। ঈরুরিঙৈদা ঈরুবাগী মন্ত্র শোনবা নত্তবা রা অতৈ ঙাংবা য়াদে। মাসুম্না ঈরুবদা ঈশিংদা কুমতুনা লুজবদা খুং-কউগী মথাদা ঈশিং লৈবদা লুবা য়াদে। খোইগী মপা ফাওবা কুম্লগা লুজগনি। লুজরমদাইদা খুৎ এংনা ঈশিং লৌতুনা আচমন তৌগনি। অতুগা মাংদা খুত্তুপ মরিগী মাননা চিথেক মরি ওইনা ভাবনা ঈ-শিংদা কোইরগা মুনিং মঙাননা মাতুদা তারকপা অতুদা গঙ্গানা মুমিং-তগী মঙান ওইনা লাক্লে হাঈনা নিংতুনা গঙ্গাবু কৌগনি।

ওঁ বিষ্ণোঃ পাদপ্রসূতাসি বৈষ্ণবী বিষ্ণুপূজিতা।
পাহিনস্তেনসস্তস্মাদাজন্ম মরণান্তিকাৎ ‖ ১৯ ‖

তিস্রঃ কোট্যোহর্দ্ধ কোটীচ তীর্থানাং বায়ুরব্রবীৎ ।
দিবি ভুব্যন্তরীক্ষে চ তানি তে সন্তি জাহ্নবি ‖ ২ ‖
নন্দিনীত্যেব তে নাম দেবেষু নলিনীতি চ ।
বৃন্দা পৃথ্বী চ সুভগা বিশ্বকায়া শিবাসিতা ‖ ৩ ‖
বিদ্যাধরী সুপ্রসন্না তথা লোকপ্রদায়িনী ।
ক্ষেমা চ জাহ্নবী চৈব শান্তা শান্তিপ্রদায়িনী ‖ ৪ ‖
এতানি পুণ্যনামানি স্নানকালে প্রকীর্ত্তয়েৎ ।
ভবেৎ সন্নিহিতা তত্র গঙ্গাত্রিপথ গামিনী ‖ ৫ ‖

—হে গঙ্গা নহাক্তি শ্রীবিষ্ণুগী খুয়াখাদগী থোরকপীনি। নংদি শ্রীবিষ্ণুগী পাঙ্গলনি। অমসু নংবু শ্রীবিষ্ণুমক্না ঈরাংপীনি। মরম অসি দগী নংনা ঐবু পোকপাদগীনা শিবা ফাওবাগী পাপ পুম্বা] কোক-পীয়ু। ১। বায়ুনা হাঈ, স্বর্গদা, মীগী লৈপাক্তা অমসু অতিয়া অহাংবাদাসু তীর্থ কোটি অহুমগা মখাই লৈ, হে জাহ্নবী তীর্থ পুম্ন-মকনা নঙোন্দা সুনা লৈ। ২। নংগী নমিংনা নন্দিনী কৌই, লাইগী লৈপাক্তনা নলিনী কৌই। বৃন্দা, পৃথ্বী, সুভগা, বিশ্বকায়া, শিবা, সিতা, বিদ্যাধরী, সুপ্রসন্না, লোক প্রসাদনী, ক্ষেমা, জাহ্নবী, শান্তা অমসু শান্তি প্রদায়িনী, পুন্নামক অসিসু হে গঙ্গা নংগী নমিং ঙাকুনি। ৩। ৪। ঈরুজবা মতমদা অশেংবা মিংসীং অসিবু শোনগদবনি, অহু ওইরবদি মুমিংকী মঙান ওইহনা স্বর্গ (মুমিং থানাচিংবনা মঙান লৈবনা থোকলিবা মফম) মীনা লৈবা লৈপাক অমসু অনিসিগী

মরক শ ূল অহাংবা মফম অহুমদা লম্বেল ওইনা চংলিবী গঙ্গানা শাকত্থুনা লৈরে। ৫।

মথক্কী অসি নত্রগ মাসিত্তা হাইবাসু য়াই,—

ওঁ গঙ্গেচ যমুনে চৈব গোদাবরী সরস্বতি।

নর্ম্মদে, সিন্ধুকাবেরি জলেঽস্মিন্ সন্নিধিংকুরু ‖

— গঙ্গা, যমুনা, গোদাবরী, সরস্বতী, নর্ম্মদা, সিন্ধু, কাবেরী পুন্নামকনা ঈশিং অসিদা লাকলো অসি হাঙীনা কৌ। মতুমকসু ওমত্রগা "ওঁ গঙ্গা, গঙ্গা, গঙ্গা," তা হাঙীরবাসু য়াই,— ইহাই হাঙীদবাতদি শেংদে।

মাসুম তৌত্থনা তীর্থবু আবাহন তৌ; (কৌ) রগা "ওঁ নমো নারয়নায়" ম ূল মন্ত্র অসিবু মরিরক মণ্ডারক, নত্রগা তরেৎলক ওইরবাসু সোন্দূনা খুৎ অনিবু তিনসিনত্থনা শেম্বা খুজোকনা ঈশিং লৌখত্তুনা "ওঁ নমোনারায়নায়" হাঙীত্থনা ২ মরিবক, মণ্ডারক নত্রগা তবেৎলক কোক্তা হাপকনি। অত্থগী তুংদ। মৃত্তিকা অশেংবা *

* ঈরুজবদা কুশ অমসুং অশেংবা লৈপাক পুগদবনি। কনাগুম্বাসীংনা ঈরুজবদা সাবননা লুজবাবুদী অশেংবা লৈপাকন' লজবনা হকচাংগী ল ূবা, শেংব অমসু হকচাং কপদা হেনলী, অসুম্না অথ বাসীন হ ঈমই। অমসু ঈরুবা মতমদা হকচাং মাংবা য়াদে, অদুবু ঈরুবা মতমদা হকচাং মাংবনা নমই। মতম অসিনা মাংনা ঈরুবা তারবদি অহানবদা মশাবু শেংনবা লুপলগা কোয়া শেংনবা মন্ত্রগা লোইননা লুজগদবনি। লুজবাগী মন্ত্র (?) অসী সোনবা (চাঙবা) তৌদনা লুজবদী ঈরুবগী মহে ফংদে। অমসুং মাঘস্নান, প্রাতঃ স্নান, যোনীগী স্নান, সংক্রান্তীগী স্নান অসি অসিগুম্বা স্নান তৌবাদি অহানবদা মৃত্তিগী তৌবা হোনবী

না হকচাংদা তৈগনি। মন্ত্রদি "ওঁ অশ্বক্রান্তে রথক্রান্তে বিষ্ণু ক্রান্তে বসুন্ধরে। মৃত্তিকে হরমে পাপং যন্ময়া দুষ্কৃতং কৃতং। উদ্ধৃতাসি বরাহেণ কৃষ্ণেনশতবাহুনা। আরুহ্য মমগাত্রেন সর্ব্বং পাপং প্রমোচয়। নমস্তে সর্ব্ব ভুতানাং প্রভ বারিনিস্মুব্রতে।

— হে লৈশাক লৈমা। নহাক্তি অশ্বক্রান্তা রথ ক্রান্তা অমসু বিষ্ণু ক্রান্তা অসুমনা (ভবিষ্য পুরানগী মততা উত্তর গোলার্দ্ধদা এশিয়া. ইউরোপ অমসু আমেরিকা অসুম্না হাঈনা অর্থ তৌই) অহুম থোকনা থাঈদোকপনি। নংদি নশাদা হিয়াই পুম্বাবু পুবিনি। ঐনা তৌঙমদবা থবক তৌরে, মরম অতুদগী ঐগী পাপপু নহাকনা কোকহনবিয়ু। পাম্বোম চামা পানবা শ্রীকৃষ্ণনা ওকলাবাগী মশক. ওইহুনা নহাকপু থাঙ্গৎপনি। নংনা ঐগী হকচাংদা তোংহুনা পাপ পুম্বাবু কোকহনবিয়ু। হে থব্রা পানবা পুম্বাগী অমোক হন্না পো-কপাবু মাংহনবি। অফবা লমচৎ চৎপি! হে লৈপাক লৈমা! নংবু খুরুমজে।

মাতুগী তুংদা খুংকী মতোননা মীৎ, নাতোন, না অমসুং চীন মে-সিন্দুনা ঈশিংদা অহুমক লুপকনি। (শোককৎপা ঈশিংদা লুজবা ওইরবদি মুমিৎতা ওনসিন্দুনা কম্নগা কোক্তা ঈশিং অহুমক হাপ্তুনা লুজগনি। মাসি ফাওবা অসিবু ঈরুজবা কৌই।

স্নান তৌরগা, তিলকনচিংবা তৌবা লোইরগা কোম্না আচমন তৌদুনা সংকল্প তৌরগা অমোক হন্না স্নান তৌগদবনি। স্নান তৌবাবু প্রাকৃত ভাষাদা স্নান =নহান হাঈ. হিন্দীদা নহনা হাঈ, মৈতৈরোনদা "নহৈবা" হাঈ। তৌইঙ-মসু মৈতৈরোনদনি ঈশিংদা লুপপাবুদি নহৈবা হাঈনদে তীর্থগী (অশেংবা) ঈশিংদা উনানা লুপতুনা মন্ত্র শোন্দুনা চাইথোকপাবু নহৈবা হাঈরগা থংনৈ মাচুবু সংস্কৃততসু স্নান অদুমক কৌই। শ্রীহরিভক্তি বিলাসনা স্তুতিগী ঈরুবদা স্নান নহৈবাবু তৌননবগীদমক হাঈ।

শ্রীহরি ভক্তি বিলাসনা স্নান ( নহৈবা ) মথন অমাবু হুত্তিগী তৌনবা তাকই। মাহুদা শ্রীগুরুগী চরনামৃত কোকতা হাপকনি, ব্রা-হ্মণ ( শ্রীভাগবতনা তাকপা বেদাভ্যাস তৌবাবু খংনগনি মাহুবু শ্রীধরস্বামীনা বৈষ্ণবস্নু মাহুমকনি হাঙ্গৈবাগী ভাব খংহনলি অম্সুম্না ক্রমসন্দর্ভদা শ্রীজীবনা হাঙ্গৈ ) চরণামৃতবু কোক্তা হাপকনি। মাহুগী মথংদা চরণামৃত থকনি। অতুগা জলশঙ্খদা তুলসীগা চরণামৃতগা হাপপাবু কোক্তা অহুমক কোইরগা হাপকনি, হান্নবা থরুগা শঙ্খদা চরণামৃত কান্না কোক্তা হাপকনি মথক মথা ওন্নরবদি ব্রাহ্মন হাৎপাগী পাপ পুই। কোক্তা শঙ্খদা হাপপা চরনামৃতবু অতোপপা মীনা কোইব্বিা হাপপীবা য়াদে 'নিজমস্তকোপরিভ্রাময়েৎ' অম্সুম্না হাঙ্গৈ।

## ঈরুজবাগী মথল।

"মান্ত্রং ভৌম তথাগ্নেয়ং বায়ব্যং দিব্যমেব চ বারুণং মানসঞ্চৈব সপ্তস্নানং প্রকীর্ত্তিতং॥"— ঈরুজবা মথন তরেৎনি, মাহুদি ১ "শন্ন" হোৌবা অমা "আপঃ" না হোৌবা অমা, "দ্রুপদাদিবঃ" না হৌবা অমা অমসু "আপোহিষ্ঠা" না হৌবা অমা ঋগ্‌মন্ত্র মরি অসিবু শোনবনা মন্ত্রনা ঈরুবা কৌই। ২ ভৌম= লৈপাকনা ঈরুবা মাহুদি গঙ্গাগী মৃত্তিকানা লাঙ্গৈপক্তা চন্দন থিনবাবু লৈপাকনা ঈরুরবা কৌই। ৩ আগ্নেয়—মৈনা ঈরুবা হাঙ্গৈবদি অশেংবা উংনা তৈবাবু মৈনা ঈরুবা কৌই। ৪ বায়ব্য—মুংসিংকী ঈরুবা হাঙ্গৈবনা ষণগী মখোঙগী উফুননা তৈবাবু কৌই। ৫ দিব্য—স্বর্গগী ঈরুবা হাঙ্গৈবনা নুংশা শানা শানা চুবা নোংনা চোংহনবাবু কৌঙ্গৈ। ৬ বারুণ— ঈশিংগী ঈরুবনা ঈশিংদদা লুপাবু কৌই। মাহুমা ৭ মানস— পুকনিংগী ঈরুবানা

শ্রীবিষ্ণুবু নিংসংবগু কৌই। কন্নাগুম্বা মপাকি [illegible]। [illegible] নাব-নাচিংবনা লুবদি গুনত্রবদি, মী অমম্ম ঈশিংনা হুবুলা [illegible] মী অহুদা শোক্লগা অমোক লুপপা অমোক শোকপা অনাক তৌ-রবদি মী অহু ঈরুবা ওই। অস্নুম্না ধর্ম্ম শাস্ত্রনা হাইপ।

গঙ্গাদা স্নান তৌরবদি অহান্নবা কুমথবদা শোম্নবা মন্ত্র,—

ওঁ স্বর্গারোহণ সোপানং ত্বদীয়মুদকং শুভে। অতঃ স্পৃশামি পাদাভ্যাং গঙ্গেদেবিনমোস্তুতে॥ মাসি হাঈদুনা গঙ্গাবু খুরুম্নগা কোক্তা গঙ্গাজলবু হাপলগা গঙ্গাদা কুমথগনি।

গঙ্গাস্নানদা সোনগদবা মন্ত্র,—

ওঁ বিষ্ণু পাদার্ঘ্যসম্ভূতে গঙ্গেত্রিপথগামিনি। ধর্ম্মদ্রবীতিবিখ্যাতে পাপং মেহরজাহ্নবি।। শ্রদ্ধয়াভক্তি সম্পন্নোশ্রী মাতর্দেবিজাহ্নবি অমৃ-তেনাম্বুনাদেবি ভাগিরথি পুনীহি মাং॥

ঈরুবা লোইরগা মথক্তা কারগা গঙ্গাবু খুরুম্নবা মন্ত্র,

ওঁগঙ্গাগঙ্গেতি যোব্রুয়াৎ যোজনানাং শতৈরপি। মুচ্যতে সর্ব্বপাপে-ভ্যো বিষ্ণু লোকঃ সগচ্ছতি॥ পাপোহং পাপ কর্ম্মাহং পাপাত্মা পাপ সম্ভবঃ। ত্রাহিমাং পুণ্ডরীকাক্ষ সর্ব্বপাপ হরো ভব।।

অমস্নু তীর্থ অতৈদা স্নান তৌবাগীম্নু অহান্নবদা তীর্থ অদুবু মমিং হাঈদুনা খুরুম্নগা ঈশিং অদুদু কোকতা হাপলগা স্নানতৌ-গনি। মাহুদি মথক্তা হাঈপ্রবা মন্ত্র অহু শোক্তবা চুম্নগী ঈশিংদা তৌবা অহু তৌগনি। তীর্থদা স্নান তৌবদা কোক্তা লৈম্না হুপৌ অহু পাপ্রনি, মাহু কোরবা যাম্না শেংনা কোকপু হেন্নহনা হুনগনি।

তৌবা য়াদে য়াম্না লুই অতুন্না সন্না তৌষনা কৈ। কলি যুগ অসি-দাদি শ্রীভাগবতনা তাকপাগী মতুং ইন্না তঙ্গী উপাসনাবু চং-খোন্না লৌগদবনি।

বেদগী সন্ধ্যা উপাসনা।

শ্রুতিনা হাঈ,—"অহরহঃ সন্ধ্যামুপাসিত" মুতিগী সন্ধ্যাবু উপাসনা তৌগদবনি,—মাতুদি প্রাণায়াম, আচমন, মার্জ্জন, অঘমর্ষণ, সূর্য্যোপস্থান অমসুং গায়ত্রী জপ মখল তরুক অসি তৌবাবু সন্ধ্যা তৌবা কৌই। মাখোই তরুক অতুবু হৈত্রবা, ওমত্রবা নত্রগা য়াত্রবদি হাঈখ্রবা মখল তরুক অতু ওমদবা শরুক্কী মথৈ ভাবনা তৌ-রগা গায়ত্রীতদি শোন্দবা য়াদে। ওমত্রবদা গায়ত্রীবু মসিং ১০ দগী তাবা য়াদে।

গায়ত্রী জপ।

প্রনব —ওঁ,

মহাব্যাহৃতি ভূর্ভুবঃ স্বঃ,

ব্রহ্মগায়ত্রী— তৎ সবিতুর্বরেণ্যং ভর্গোদেবস্য ধীমহি ধিয়ো যোনঃ প্রচোদয়াৎ।

প্রণবনে মহাব্যাহৃতিনে গায়ত্রানে অমসু প্রণবনে মাসি শোনবাবু গায়ত্রী জপ কৌই।

সোন্নবা ব্রহ্ম গায়ত্রী "ওঁ ভূর্ভুবঃ স্বঃ তৎসবিতুর্বরেণ্যং (বর-নিয়ং) ভর্গোদেবস্য ধীমহি ধিয়ো য়োনঃ প্রচোদয়াৎ ওঁ॥

গায়ত্রী সোন্দুনা মুমিংকী ময়াইদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু নিংবদু বৈদিক সন্ধ্যা কৌই। মাসুম তৌদুনা বেদগী মন্ত্র নত্তবা তন্ত্রী মন্ত্র শোন্দুনা মুমিংকী ময়াইদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু নিংবাবু তান্ত্রিক সন্ধ্যা উপাসনা কৌই।

## তান্ত্রিক সন্ধ্যা উপাসনা।

হরিভক্তি বিলাসনা হায়,— শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ অনিবু নিংসংলগা "শ্রীকৃষ্ণংতর্পয়ামি" অসি হায়হুনা ঈসিং খুজোক অহুম কৎকনি। অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ শ্রীমূর্ত্তিবু মুমিংকী ময়াইদা লৈবাবু নিংসংহুনা "ক্লীঁ কামদেবায় বিদ্মহে পুষ্পবাণায় ধীমহি তন্নোনঙ্গঃ প্রচোদয়াৎ" হায়ও হুনা অর্ঘ্য কৎকনি, অদুগী মতুংদা মুমিত্তা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু নিংসংহুনা হায়খ্রবা কাম গায়ত্রী মন্ত্রবু ১০রক' শোনগনি। অদুগা "কমথ" অসি হায়হুনা শোনলিবা মন্ত্রবু শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা মুমিংতা অর্ঘ্য ঈসিং অমোক কৎকনি।—

ফী শেৎপা— ইরুবা কারক্লগা ফি অশেংবা শেৎলগা আসনদা ফমগা তিলক-চন্দন থিনগনি-অহানবদা ফি শেৎকনি,— ১ খোঈ, ২ ওইথংবা নাকন, ৩ নঙন অহুম অসি ত্রিকচ্ছ-ফি শেৎকম অহুম কৌই। অহুম অসিদা ফি শেত্তরবদি মাংই। অশেংবা থবক তৌবা য়াদে, চন্দন থিনবা, আচমন তৌবা লাই খুরুমবা য়াদে। মাসিদি খোইগী মপাদা গুপ্পা ওইথংবা নাক্তা ফীরৈ অমগু নঙননা লামৈ হাপ্পা ফিজেৎ অসি অশেংবনি, মাসি শুত্রবদি মাংই, অমুম্না ধর্ম্মশাস্ত্রনা হায়। ফি অমা শেৎপা অমনা ইনগদবনি অদু নত্রবদি মাংই, শেৎলিবা ফী অদুগী মচিনা খোইগী মপাদা এপলগা অরেম্বনা এৎতুনা ইনলবদি ইনফী য়াওত্রবাসু য়াই শেংই। "একবেদ্ বাসো ভবতি তস্য উত্তরার্দ্ধেন প্রচ্ছাদয়তি"— অমুম্না পারস্করনা হায়। কৈজোম ফিজিনা গুপ্পাগী মপাদা এপলমদনা ইনবদি য়াদে মরমদি ত্রিকচ্ছসুদে। অমসু নোগুণদা মচা অহুম হেল্লা থাংলিবা অদুম্ ইনফী য়াওদবগী দোষ লৈতনবাগী দমক্রি।

মোনবু তাইবংমেহো পরমেষ্ঠী ব্রহ্মানা শেম্লরমদে। (সনাতন গোস্বামীনা য়াও মন্ত্রগী ক্ষি হাঈনা ব্যাখ্যা তৌই, মন্ত্রসু শাস্ত্রাক্তরদা মন্ত্রময়া মনা শাবা হাঈবদগী অকোপপা শাগী মন্ত্রমন্ত্রু অশেংবা ওইগনি। শুক্র, মুত্র, রক্ত, পক্ববাসু শেংইদি হাঈ অহুন অমাংবা পোৎ পক্ববা লোথোক-প্রবাসু শেংই, হাঈনা লৌগনি।

মাইকৈ— লাইখুরুম্বদা মাই লোংপোক নত্রগা অরাং ওনগনি। অহিংদদি অরাংতা ওনগনি। মুমদাং বাইদা মুমদাংবাইগী সন্ধ্যাউ পাসনা তৌরদি কৌক্রনা ওনগদবনি।

কমকম— উনা শাবা ফাল, ফিনা সাবা কম্নবা অমসু লৈপাক্তা কয়া অমসু লেপতুনা লাইখুরুম্বা য়াদে। লৈপাক্তা কমতুনা তৌদবা মাত্রবদি খুয়া অনিনা লৈপাক্তা থাতুনা (নিঙ্গাংননা) কমতুনা তৌ-বা য়াই। কিদাগী মথক্তা লেপ্পা য়াদে, আর্তি—তৌবদা লেপ্পদি খোংনা লৈপাক্ত লেপতুনা তৌগদবনি।

কম্বা মফম— লাইখুরুম্বদা খোঙ এৎনা মখা থংতুনা ওইনা মথক্তা থংতুনা কমগনি। শিখ্রবাগী তৌবা শ্রাদ্ধনা চিংবাদদি এৎনা মথক থংতুনা ওইনা মখা থাতুনা কমগনি। মাইনা মখা ওনগদবনি।

উপচার= পোৎলম, মখল অহুম থোকই, মাতুদি ১৬, ১০, অমসু ৫নি পোৎলম ১৬ (ষোড়শ উপচার) দি আসন (লুপানাচিংবনা সাবা কোইরক কোইনা) স্বাগত (খুৎ জোমবা অমুকদেবতে লেংসিনবিয়ু হাঈনা) পাত্ত (চরণ শেংনবা ঈসিং কৎপা। অর্ঘ্য (তিংথৌ, চেং, অঙৌ-বা, চন্দন, ফৈ ঈসিং শ্রীকৃষ্ণনা তিংথৌ অমসু চেং য়াওরে, তুলসীপত্র

সোইবা য়াদে ) মধুপর্ক ( মজোম অফম্বা, খোহি, ঘী, চিনি, ঈশিং শেনগী পাত্রদা হাপপা ) আচমণ, চাঈথানবা ঈশিং, ঙ্কি ( অচোৎপা য়াদে, লৈত্রবদি কী অচোৎপাবু মুংসিংতা ৭লক হাঈহনলবদি চোত্তবগা মাঙৈ) আভরণ (লৈতেং লুপানাচিংবনা সাবা) চন্দন, লৈ, ধুপ, থাওমৈ নৈবেত্ত (কৎনবা অচাপোৎ) বন্দন (চেংঅঙোবাবু পাইরগা ৭লক হাঈবা) পোৎলম ১০না মথক্তা হাঈখ্রবাদগী ১০ খনগৎপনি, মাহুদি পাত্ত, অর্ঘ্য, আচমনীয়, মধুপর্ক, স্নানগী ঈশিং, আচমনগী ঈশিং. চন্দন, লৈ। ধূপ, দীপ, নৈবেত্ত তরা অসিনি, পোৎলম ৫ দি চন্দন, লৈ, ধুপ, দীপ, অমস্থু নৈবেদ্য (কৎনবা অচাপোৎ) মণ্ডা অসিনি। হাঈখ্রবা পূজা তৌনবা পোৎ লম পুম্নামক অসি মহাইবনি। বৈষ্ণবকী শ্রীকৃষ্ণবু নিত্য পূজা তৌ- বদা চংলিবা পোৎতি লৈ, চন্দন, তুলশীপত্র, অমস্থু ঈশিং অসিনা চিংবা অসিনি। পূজা তৌনবা—শ্রীকৃষ্ণদা কৎনবা পোৎপুম্বা পূজা তৌরিবা মীগী মাংদা থমগনি মাহু খুকউ অনিগী মপাদগী হেন্দো- পদা থম্বা য়াদে। পোৎসিং অহুবু পোৎ থূদিংগী পোৎ অহুগী মমিং অহু হাঈহুনা পূজা তৌগনি, ঈসিংতনা ওইরবাস্থু হান্না পূজা তৌগনি অহুগা পোৎ অহুদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু তুলশী চন্দননা পূজা তৌগনি, অহুগা শ্রীকৃষ্ণবু তোঙান্না অমোক পূজা তৌগনি, অহু নত্রবদি পোৎ অহু কৎপা য়াদে। পোৎ কৎপদা খূৎ ওইনা কৎপা য়াদে এৎতনাস্থু কৎপা য়াদে, এৎনা পোৎ পাইরগা খূৎ ওইনা এৎতা শোক্তুনা (মাহুবু অম্বারদ্ধ হস্ত কৌই) কৎকনি। খূৎ উপনা পাইহুনা কৎকনি লোংনা থাইবা য়াদে।

**চন্দন কৎপদা খুনাউবীদা চন্দন লুপলগা খূৎপী মতোনগা লোইননা**

কংকনি। লৈদা চন্দন লুপলগা কৎলবদি খূৎপী, খূৎয়াই, অমস্তু খূৎ নিংথৌনা পাইদুনা কৎকনি, লৈবু, চন্দনগা লোইননা খূৎপীগা খূদোনবী গনা পাইরগা কৎকনি। ধুপ খূৎয়াইগা খূনিংথোগা অনিগী তাং ময়াইদা ধুপ হাপলগা খূৎপীনা নম্নগা শ্রীকৃষ্ণগী ওইরোমদা পাত্র অমাগী মথক্তা হাপলগা মৈথূ ফাহনগনি, দীপ থাওমৈ— ধুপকুম্না পাইরগা (ঘী লুপ্না বর্তি নত্রগা ঘীগী থাওমৈ ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণগী এৎলোমদা, থাওগী ওই-রগা ওইরোমদা থমদুনা কৎকনি। নৈবেদ্য (চাক, তলগুম্বা অথোংবা অমুনবা ওইরগা) ওইরোমদা মুন্দবা চেং, লফোইনাচিংবা হৈরুক ওইরগা শ্রীকৃষ্ণগী এংলোমদা থমদুনা কৎকনি, নত্রগা মথন অনিমক শ্রীকৃষ্ণগী মাংদা থাদুনা কৎপা য়াই। নৈবেদ্য লুক নত্রগা হৈরুকস্তু মথাদা লৈপাক্তা কৌত্রুদগী নত্রগা চিঙথেদগী হোদুনা এৎলোইননা চিথেক মরি নাইবা লয়ি চিংগনি। অমুনবা অথোংবা পোৎ, অথোংবা নত্তবা লোৎস্তু অাং অমত্তা কৎপা য়াদে, পোৎ অতুগা চামিন্নবা (উপকরণ) গা লোইমনা কৎকন্নি। কৎমিন্নবা লৈত্রগা ঈসিংতা ওইরবাস্তু লোইমনা কৎকনি।

দ্বাদশ তিলক— মকম তরানিথোইদা চন্দন থিনবা,— ওঁ কেশবানন্ত গোবিন্দ, বরাহ পুরুষোত্তম। পুণ্যং যশস্য মায়ুষ্যং তিলকংমে প্রসীদতু॥ মাসি সোনগনি। (ললটে কেশবং ধ্যায়েৎ নারায়ণমথোদরে। বক্ষস্থলে, মাধবঞ্চ. গোবিন্দং কণ্ঠকূপকে। বিষ্ণুঞ্চদক্ষিণে পার্শ্বে বাহৌ চ মধুসূদনং। ত্রিবিক্রমং কন্ধরে তুবামনং বামপার্শ্বকে। শ্রীধরং বামবাহৌ চ হৃষীকে-শঞ্চ কন্ধরে। পৃষ্ঠেতু পদ্মনাভঞ্চ কট্যাংদামোদরংন্যসেৎ। তৎ প্রক্ষালণ তোয়েন বাসুদেবঞ্চমূর্দ্ধনি॥)— ওঁ কেশবায়নমঃ হাঙৈদুনা লাইপকতা

তিলক তৌগনি, মাস্মনা নামগী মথক্তা ওঁনা হৌবা চতুর্থীনা নমঃগনা লোম্নাহ্না নারায়ণ নামনা পুকতা মাধবনা থবাক্তা গোবিন্দনা খৌরিদা, বিষ্ণুনা এৎথংবা নাকতা, মধুসূদননা পাম্বোম এংতা ত্রিবিক্রমনা এৎথংবা সয়েংদা, বামননামনা ওইথংবা নাকতা শ্রীধরনামনা পাম্বোম ওইদা, হৃষীকেশনা ওইথংবা সয়েংদা পদ্মনাভনা নঙনদা দামোদরনা থব্রাংদা তিলক তৌগনি, খুৎ হামদোকপগী ঈসিংগা লোইনবা চন্দননা বাসুদেব নাম অসিনা কোক্তা হাপকনি। চন্দন খিনবা লোইরগা গায়ত্রী শোন্দুনা শিখা পুনগনি। থাও তৈবা অমম্ভ অমাংবা পোৎ শোক্লবদি শিখা লৌথোক্তুনা ইরুরগা অশোক শিখা পুনগনি।

ফম্বাদা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপাগী মতুংইন্না ফমগনি,— মাহুদি গীতাদা হায়ী শুচৌদেশে প্রতিষ্ঠাপ্য স্থিরমাসন মাত্মনঃ। নাত্যুচ্ছ্রিতং নাতিনীচং চৈলাজিনকুশোত্তরম্ ॥

—অশেংবা মফম (ষষ্ঠীনাচিংবনা তৈথোক্লবা) দা কুশ, মাহুগী মথক্তা কৈ মউন গুম্বা, শাউন, মাহুগী মথক্তা ফি থাবা ফমফমদা য়াওলেন শক্ল চপ চুমনা য়ামনা ৱাংখৎপা য়ামনা নেমথাবসু নত্তনা ফমগনি। অমুম্না শ্রীকৃষ্ণনা তাকই, গুরুপরং পরা মথং মথং তৌনরকপাগী মতুং ইননা ফমলগা পূজা তৌনবা পোৎলম পোৎসীং অহুগী মফম ২ দা থমগনি।

মী মহাকী ওইরোমথংবা মমাংদা শঙ্খাটগী মখোংদা শঙ্খবু হাপতুনা থমগনি। মাদোমদা অর্ঘ্য পাত্রনা চিংবাবুসু থমগনি। তুলসী, চন্দন, লৈবু পাত্রদা বাপ্তুনা মাগী এৎথংবা মাংদা থমগনি। মাগী ওইথংবা নাঁকতা চফু ঈসিং থল্লা হাপ্লা থমগনি। এৎথংবা নাক্তা ঘীগী থাওমৈ বর্তি থম-

গনি, ওইথংবদা থাওগী থাওমৈ থমগনি। মাগী মীৎনা এংবদা উবা লমদা অতৈ অতোপ্পা পোৎলম্ থমগনি। খুৎ শেংদোকনবা ঈসিং হাপ্পা পাত্র অমা মহাক্কী নঙনলোমদা থমগনি।

মঙ্গল শান্তি,— পূজা হৌগৎলমদাইদা অহানবদা কমকমদা কয়গা মন্ত্র অসি ঠীগনি,— ওঁ ভদ্রং কর্ণেভিঃ শৃণুয়াম দেবান্ ভদ্রং পশ্যেমাক্ষিভিঃ যজত্রাঃ। স্থিরৈ রঙ্গৈ স্তুষ্টুবাংস স্তনুভির্ব্যশেম দেবহিতংযদায়ুঃ। স্বস্তিনইন্দ্রো বৃদ্ধশ্রবাঃ স্বস্তি নঃ পূষাঃ বিশ্ববেদাঃ স্বস্তি নস্তার্ক্ষো হরিষ্টনেমিঃ স্বস্তি নো বৃহাস্পতি র্দধাতু।" মাসি হাঙ্গৈরগা "ওঁ শান্তিঃ শ্রীকৃষ্ণপাদ পদ্মারাধনেষু শান্তি র্ভবতু।" মাসি হাঙ্গৈগনি, অতৈ ওমন্ত্রগা মাসিগী মথৈতাম্ব হাঙ্গৈবা য়াই।

বিঘ্ননিবারণ,—"অপ সর্পন্তু তে ভূতা যে ভূতা ভুবিসংস্থিতাং। যে ভূতা বিঘ্ন কর্তার স্তেনশ্যন্তু শিবাজ্ঞয়া"—মাসি হাঙ্গৈদুনা ওঈথংবা খোঙ চেপনা লৈপাক্তা অহুম্নক কাওগনি, মাদুগা লৈপাক্তা লৈবা বির্ঘ পুম্বা কোকহনগনি। কোক্তোনদা খূকাপপী নত্রগা খুবাক অহুম্নক খূরগা "ফট্" মন্ত্র অসি অহুম্নক শোনলগা "ক্লীং কৃষ্ণায়নমঃ" মাসি হাঙ্গৈদুনা অতিয়া অহাংবা মথক্তা এংগনি মাদুনা লৈপাক নোংথোগা অনিগী মরকতা লৈবা বিঘ্ন পুম্বা কোকই।

শ্রীগুরুনাচিংবাবু খুরুম্বা,—ওইরোমদা খুৎ লোম্নাদুনা ওঁ শ্রীগুরুভ্যো বেনমঃ, ওঁ শ্রীপরমগুরুভ্যোনমঃ, ওঁ পরমেষ্টিগুরু ভ্যোনমঃ, হাঙ্গৈগনি, এৎ লোমদা খুং লোম্নাদুনা ওঁগণেশায়নমঃ মাংদা ওঁ দুর্গায়ৈনমঃ তুংদা ওঁ ক্ষেত্রপালায় নমঃ ময়াইদা ওঁ ইষ্টদৈবতায় নমঃ, হাঙ্গৈদুনা খুরুমগনি। অদুগা ওঁ অস্ত্রায়ফট্ স্বাহা, হাঙ্গৈদুনা খুৎ অনিবু

শেংদোক্লগা খুবাক অষ্টমক খুরগা মাইকৈ তক্ষমকপু "ওঁ অষ্টায়ফট্ স্বাহা" হাঈহুনা খুকাপীনা নোংপোক্তগীন্ম মাইকৈ তক্ষাব মথং মথং বন্ধন তৌ। খুবাকতা ইসিং হাপলগা হকচাংবু কোঈয়ু। মৈশী চেক-পননা ঐবু কোইসিনলে হাঈনা নিংগদরনি।

## ভূত শুদ্ধি।

লৈপাক, ঈসিং, মৈ, নুংসিং অমসু অতিয়া মাখোই পঞ্চভূতন্ম হকচাং অসি ওই, অহুগুম্বা ভূত মণ্ডাবু শেংদোকপাবু ভূত শুদ্ধি কৌই ভূত শুদ্ধি তৌবদা মখাদা ইরিবা অসি নিংগনি।

ঐগী থমোই লাইয়ুমবু থম্বাল ওইনা নিংগল্লি, থম্বাল অহুকী মরু থম্বৌনা ধর্মনা ওই, জ্ঞাননা থম্বাল মথোকনি, অসিনাচিংবা সিক ৮না থম্বানগী মনানি। বৈরাগ্য (তাইবংপানবাবু পামদবা— অাইবংপানবগী মপুত্তবু পামবা) না লৈব্রিক্রা কোইশিনবা ময়োননি। প্রণব (ওঁ খোন জেল্লনা থম্নুংদা ওংশিবা) না মাহুবু ওানখোকহল্লি, থম্বাল অহুগী লৈব্রি-কনা য়োমবা ময়োন থমচেংনা দোষীদ্রা চাকলিবা মৈরীগুমবা জীবা-ত্মানা ওান্দ্না লৈ, অহুগুম্বা জীববু মুলাধার ( গুহ্যদা লৈযা মনা ১৪ পানবা থম্বাল ) দা থম্বৌ মরানগুমনা কুপ্ল, মরিনা ওই ওইনম্ম কৈদী কোনহুনা লৈবা লীনগী মশক ওইবী কুণ্ডলিণী শক্তি (পাজন) বু নিংসংগনি। কোকতা মনা লিশিঙ অমা পানবা থম্বালদা পরমাত্মা লৈ। মথক্তা হাঈরিবা থম্বালসিং অসিবু ময়াইদা লেংশিন্দুনা সুষুম্না সিঙলীনা লৈ। অহুনা থমোইগী থম্বানদগী সুষুম্না সিঙলীনা লম্বেন ওইহুনা জীবাত্মাবু মথক্তা পুখৎহুনা পরমাত্তাদা তিনসিনগনি, মাহুবু ভূতশুদ্ধি কৌই।

ধ্যান মন্ত্রঃ—

"ধর্ম্মকন্দসমুদ্ভূতং জ্ঞাননালং সুশোভনং।
ঐশ্বর্য্যাষ্টদলোপেতং পরংবৈরাগ্য কর্ণিকং॥
স্বীয়হৃৎকমলং ধ্যায়েৎ প্রণবেন প্রকাশিতং।
কৃত্বা তৎকর্ণিকাসংস্থং প্রদীপকান্তিভং॥
জীবাত্মানং হৃদি ধ্যাত্বা মূলে সঞ্চিন্ত্য কুণ্ডলীং।
সুষুম্না বর্ত্মনাত্মানং পরমাত্মনি যোজয়েৎ॥

অর্থদি মথক্তা হাঙৈবা অতুনি।

ভূতশুদ্ধি তৌবদা যোগ সাধনাগী থবকনা হকচাংদা লৈবা পাপপু শেংদোকপা মরম লৈ। মাদু তৌরগা মপী ময়েক্পু হকচাং হাপকনি।

মাতৃকা ন্যাস,—

তন্ত্রশাস্ত্রনা বর্ণমালাবু মাতৃকা কৌই। অর্থদি ইমানা ঐখোইবু য়োকপগুম্না য়োকপী হাঙৈহনা মাতৃকা কৌই। মাতুগী চপ চাবা অর্থদি মৈতৈরোননা মপী (ইমা অখুবী) কৌই। অসিগুম্বা বর্ণমালা মপী ময়েকপু হকচাংদা হাপকনি।

খুৎ লোম্নহনা— "অস্য মাতৃকা মন্ত্রস্য ব্রহ্মাঋষির্গায়ত্রীচ্ছন্দো মাতৃকা সরস্বতী দেবতা হলোবীজানি, স্বরাশক্তয়ঃ, লিপীন্যাসে বিনিয়োগঃ।" অসি হাঙৈরগা—

"ওঁ ব্রহ্মণে ঋষয়ে নমঃ"— কোকতা শোক্কনি,
ওঁ গায়ত্র্যৈ ছন্দসে নমঃ　চীনদা শোককনি,
ওঁ মাতৃকা সরস্বত্যৈ দেবতায়ৈ নমঃ—থমোইদা হাপকনি,

ওঁ হৃদ্‌ভ্যো খাজেভ্যো নমঃ — শুহ্নদা হাপকনি,
ওঁ স্বরেভ্যো শক্তিভ্যো নমঃ — খোং অনিদা,
অং কং খং গং ঘং ঙং অং অঙ্গুষ্ঠ ভ্যাং নমঃ — খুৎপী অনিদা,
ইং চং ছং জং ঝং ঞং ঈং তর্জনীভ্যাং স্বাহা খুদোনবী অনিদা
উং টং ঠং ডং ঢং ণং উং মধ্যমাভ্যাং বষট্‌ — খুৎয়াই অনিদা,
এং তং থং দং ধং নং ঐং অনামিকাভ্যাং হুং — খুৎনিংথৌ অনিদা
ওঁ পং ফং বং ভং মং ঔং কনিষ্ঠকাভ্যাং বৌষট--খুৎনাওবী অনিদা
অং যং রং লং বং শং ষং সং হং লং ক্ষং অঃ করতল পৃষ্ঠাভ্যাং স্বাহা
খুৎপাক অনি অমসু খুৎনম অনি ,শোরুগনি। খুৎ এৎকী খুৎপী অমসু খুদোনবীগা অনিনা খুৎ ওইদা কুগনি।

অং কং খং গং ঘং ঙং আং হৃদয়ায় নমঃ— খুৎপীগা ২ না থমোইদা শোকনি।

ইং চং ছং জং ঝং ঞং ঈং শিরসে স্বাহা — কোকতা,
উং টং ঠং ডং ঢং ণং উং শিখায়ৈ বষট — শিখাদা,
এং তং থং দং ধং নং ঐং নেত্রত্রয়ায় বৌষট্‌ — মীৎতা,
ওঁ পং ফং বং ভং মং ঔং কবচায় হুং — হকচাং পুম্বাদা,
অং যং রং লং বং শং সং হং লং ক্ষং অঃ করতল তল পৃষ্ঠাভ্যাং ফট— মথক্তী অঙ্গুণ্ডয়া খুৎ এৎনা ওইদা কুগনি।

অঙ্গুলী মথংদা লাইরিক ময়েকী মবেমা সরস্বতীমু মথাদা ইরিবা মন্ত্র অসি সোন্দুনা ধ্যান তৌগনি।

ওঁ পঞ্চাশল্লিপিভির্বিভক্ত মুখদোঃ পন্মধ্যবক্ষস্থলাং,
ভাস্বন্মৌলি নিবদ্ধ চন্দ্রশকলা মাপীন তুঙ্গস্তনীম্‌।
মুদ্রাক্ষগুণং সুধাঢ্যকলসং বিদ্যাঞ্চ হস্তাম্বুজৈ-
র্বিভ্রাণাং বিশদপ্রভাং ত্রিনয়নাং বাগ্‌দেবতামাশ্রয়ে॥

অং নমঃ ( লৈ পুম্বমা লাইপক্তা শোক্‌নি ) আং নমঃ (য়া মহুংদা) ইং নমঃ (মীৎ এৎক্তা) ঈং নমঃ (মীৎ ওইদা) উং নমঃ (.নাকোং এৎভা ) ঊং নমঃ (নাকোং ওইদা) ঋং নমঃ (নাভোন এৎভা) ৠং নমঃ (নাভোন ওইদা) ঌং নমঃ (এৎথংবা চাইরুংদা) ৡং নমঃ (চাইরুং ওইদা) এং নমঃ (চিনবান মথক্তা) ঐং নমঃ (চিনবান মথা!দা) ওং নমঃ (য়া মথক্তা) ঔং নমঃ (য়া মথাগী পরেংদা) অং নমঃ (কোক্তা) অঃ নমঃ (মাইদা) কং নমঃ (এৎ থংবা পাম্বোম) খং নমঃ (খুনিংদা) গং নমঃ (খুম্বেংদা) ঘং নমঃ (খুৎচাগী মখোংদা) ঙং নমঃ (খুদোম্দা) চং নমঃ ( ওইগী পাম্বোম মরুদা ) ছং নমঃ (ওইগী খুনিংদা ) জং নমঃ ( ওইগী খুম্বেংদা ) ঝং নমঃ ( ওইগী খুদোনগী মখোংদা। ঞং নমঃ (ওইগী খুদোন মভোনদা) টং নমঃ (কৈবোম এৎভা) ঠং নমঃ (খুবোম এৎভা) ডং নমঃ (ওইগী খুমিক্তা) ঢং নমঃ ( খোংজাগী মখোংদা) ণং নমঃ (খোংজা মভোনদা) তং নমঃ (ওইগী কৈফদা) থং নমঃ ওইগী খুবোমদা) দং নমঃ ( ওইগী খুমিক্তা ) ধং নমঃ ( ওইগী খোংজা মখোংদা) নং নমঃ (ওইগী খোংভা মভোন্দা) পং নমঃ (এৎ থংবা নাক্তা ) ফং নমঃ (ওইথংবা নাক্তা) বং নমঃ (নম্বন্দা) ভং নমঃ (খোইদা) মং নমঃ (পুকভা) যং নমঃ (থমোইদা) রং নমঃ (এৎ থংবা লেংবান্দা ) লং নমঃ (ওকশমদা) বং নমঃ (ওইথংবা লেংদা) শং নমঃ ( থমোইদগী খুৎ এৎকী খুদোন ফাউবা) ষং নমঃ ( থমোইদগী এৎথংবা খোং মভোন ফাউবা) হং নমঃ (থমোইদগীনা এৎ থংবা খোংদোন ফাউবা) লং নমঃ ( থমোইদগীনা খুকউ ফাওবা ) ক্ষং নমঃ ( থমোইদগীনা মাই ফাওবা ) মাস্নুমনা স্থাস তৌগনি।

মনসা বিন্যসেন্ন্যাসান পুষ্পেনৈবাথবা মুনে ।
অঙ্গুষ্ঠানামিকাভ্যাং বা নান্যথা ফলভাগ্ ভবেৎ ॥

ন্যাস তৌবদা লৈনা, খুংগীগা খুংনিংথোগা তিন্নচুনা নত্রগা পুকনিংনা হাউরি হাউরিবা মকম অহুগী মন্ত্র—বর্ণ অমু হাপকদবনি। লৈনা নত্রগা খুনমু হাপলবস্নু পুকনিংনা হাপনিবা ময়েক অহুমু মকম অহুদা লৈরি

ছাইনা মশক অহু উগাদবনি।

## প্রাণায়াম।

খুৎয়াইনা ঈশিং লৌরগা ইশাগী মাইকে অকোইবদা এৎলোইবদা মৈগী পননা কোইশিল্লে মিংহুনা কোইগনি। খমোইগী লাইয়ুমদা পুজা তৌগদবা দেবতাগী মুর্ত্তিবু এংগনি। খুৎএৎকী খুৎপীন, নাতোন এৎ খংবাবু মেনশিললগা ওই থংবা নাতোনদা হুংসাম্বর চিংসিংগনি, মতম অহুদা পুজা তৌগদবা দেবতাগী মন্ত্রবু ৪ রক শোনগনি (মাসিমথৈ তৌবাবু "পূরক" তৌবা কৌই)। মাহুগী তুংদা খুৎ এৎকী খুংনিংথৌগা খুৎনা-ওবীগা অনিনা নাতোন ওইবু মেমসিন্দুনা চিংশিনখিবা স্বরবু লিংহুনা থনগনি, মতম অহুদা বীজমন্ত্রবু ১৬ রক শোনগনি (মাসিগীমথৈবুনা "কুম্ভক" তৌবা কৌই)। অহুগী তুংদা খুংপীনা মেল্লিবা নাতোন এৎপু থাদোকনি। তপ্না ২ স্বর থাদোকতুনা বীজমন্ত্র ৮ লক শোনগনি (মাসিগী মথৈবু "রেচক" তৌবা কৌই)।

পাওআক— প্রাণায়াম তৌবা অসি ঙমদরিবামথৈ মী অহুনা কাই লিংবা, খুরুম্বা য়াবরি। অহুনা মী খুদিংমকনা প্রাণায়াম তৌবা অসি ঙমগদবনি। মাহুদা অরুবদি গুরু অমদগী তমবা নমগা শাস্ত্রগী খুবমা অর্থসিংগী মথৈ লৌহুনা তপনা তপনা ওবাইগদবনি। অহেকা মাইকদি প্রাণায়াম তৌবা ঙমলবা মীদা হংহুনা হংহুনা তপনা তপনা ঙমগদবনি। মাসি ঙম্বদ্রামী অহুর অরাবা অনাবনা মাবু শোকপা ঙমে। অতুরদি ওইরগা প্রাণায়াম তৌবদা হৈত্তরিউৈদা খুদোংথিবা তাবা য়াবা মরম লৈরা লৈ, মাহু কন্নিগুম্বা থোকপ্রবদি মী অহু হিংদরে। অম্রসু প্রাণায়াম অসি থা ৬ সুনা গুরুগী নাক্তা লৈহুনা তম্রবদি চানবা প্রাণায়াম ঙমলকই। মাহু ঙমলবদি মী অহুনা যোগসিদ্ধ ওইবা ঙিনদরে। মাসুমনা প্রাণায়াম তৌবা ঙমলগা মী অহুনা তৌনিংবতা তৌবা ঙমই। মাহুমনা প্রাণায়াম তৌবা ঙমলবা যোগীসু প্রাণায়ামবু মীৎনা কুপপা মতম থাদোকপা য়াদে। থাদোকলবদি যোগীসু হেকতা সি। মরম অসিনা প্রাণায়ামদি হঠযোগগী

অহানবা থাকনি। শ্রীকৃষ্ণনা মীওইবাবু হঠযোগ তৌনবা তাকপীদে, অদুবু প্রাণায়ামদি তৌনবা তাকপীরমই। অদুনা প্রাণায়াম অসিবু সিদ্ধি ওইনবাদি তান্দনা থমোইদা ভগবানবু ধ্যান, পূজা, জপ তৌবা য়ানবগীমথে অদুদি তৌগদবনি। মরমদি প্রাণায়াম লৈত্রবদি লাইগী করিগুম্বা অমতা য়াদে।

প্রাণায়াম অসি পূজা তৌগদবগী মমাংদা তৌবদা অহুমলক হন্নবা য়াএন লৈ। মাদুদি অহানবদা নাতোন এং মেনদুনা ওইনা চিংসিনবা, থিংবা, ওইবু মেনদুনা এংতা থাদোকপা মাসিনা অহানবনি। অনিশুবদনা এং লোমদা চিংসিনবা, থিংবা, ওইরোমদা থাদোকপা। অহুমস্থবদানা ওইনা চিংসিনবা থিংবা, এং লোমদা থাদোকপা। অসুমনা অহুমলক হন্না তৌগনি।

## পীঠন্যাস।

পীঠ=দেবতাগী আসন=ফমফমবু কৌই। পীঠন্যাস কৌবদি ঈরাৎকদৌরিবা লাই অদুগী ফমফম শেম্বনি। দেবতা পূজা—লাইবু ঈরাৎপদি থমোই মন্নুংদা লাৎপনি, মাদু লোইরগা মপানদা পোৎ চৈনা কোন্না তৌই। অদুনা লাইগী ফমফমদি পূজা তৌগদবা মীনা মাগী থমোই মন্নুংদা শেমগনি। মাদুদি—

(থমোইদা খুৎ থমলগা) ওঁ আধারশক্তয়ে নমঃ, ওঁ কূর্ম্মায় নমঃ, ওঁ অনন্তায় নমঃ, ওঁ পৃথিব্যৈ নমঃ, ওঁ ক্ষীরসমুদ্রায় নমঃ, ওঁ শ্বেত দ্বীপায় নমঃ, ওঁ মণিমণ্ডপায় নমঃ, ওঁ কল্পবৃক্ষায় নমঃ, ওঁ রত্নবেদিকায় নমঃ। (এং থংবা সগনদা) ওঁ ধর্ম্মায় নমঃ। (ওই থংবা সগনদা) ওঁ জ্ঞানায় নমঃ। (ওই থংবা ফৈবোমদা) ওঁ বৈরাজ্ঞায় নমঃ।

( এং থংবা কৈবোমদা ) ওঁ অজ্ঞানায় নমঃ। ( চীনদা ) ওঁ অধর্শায় নমঃ। ( ওইগী নাকতা ) ওঁ অজ্ঞানায় নমঃ। ( খোঙ্গদা ) ওঁ অবৈরাগ্যায় নমঃ। ( এং থংবা নাক্তা ) ওঁ অনৈশ্বর্য্যায় নমঃ। ( থমোইদা ) ওঁ অনন্তায় নমঃ, পদ্মায়, অং সূর্য্যমণ্ডলায়, দ্বাদশ কলাত্মনে, অং অন্তরাত্মনে; পং পরমাত্মনে, হ্রীঁ জ্ঞানাত্মনে।

থমোইদা মনা ৮ পানবা থম্বানদা নোংপোক থংবা মনাদগী এং-লোইনবা মথং মথং অমসু ময়াইদাসু আং প্রভায়ৈ, ঈং মায়ায়ৈ, ঊং জয়ায়ৈ, এং সূক্ষ্মায়ৈ, ঐং বিশুদ্ধায়ৈ,, ওঁ নন্দিন্যৈ, ঔং সুপ্রভায়ৈ, অং বিজয়ায়ৈ. অঃ সর্ব্বসিদ্ধি প্রদায়ৈ। ময়াইদা— ওঁ বজ্র নখ দংষ্ট্রায় মহা সিংহায় হুং ফট্ নমঃ। মাসুমা পীঠপু হাপকনি।

ঋষ্যাদি ন্যাস।

পূজা তৌগদবা দেবতাগী মন্ত্র অদুগী ঋষি, ছন্দঃ, বীজ, শক্তি, কীলকপু হাপকনি, মাদুদি—

কোকতা ঋষি, চীনদা ছন্দঃ, থমোইদা দেবতা, গুহ্যদা বীজ, খোং অনিদা শক্তি অমসু হকচাং পুম্বদা কীলকপু হাপকনি।

কর ন্যাস।

আং অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ ( খুৎ তোনবী অনিশা খুপী অনিবু শোক-কনি ) ঈং তর্জ্জণীভ্যাং নমঃ ( খুৎপী অনিনা খুদোনবী অনিবু শোকনি) ঊং মধ্যমাভ্যাং বষট্ ( খুৎপী অনিনা খুৎয়াই অনিবু শোকনি ) ঐং অনামিকাভ্যাং হুং ( খুৎপী অনিনা খুৎনিংথৌ অনিবু শোকনি ) ঔং কনিষ্ঠকাভ্যাং বৌষট্ ( খুৎপী ২ না খুৎনাওবী অনিবু শোকনি ) অঃ অস্ত্রায় ফট্ (খুৎ এং, ওই, অনিনা খুথাক অমসু খুৎনসবু

শোকলগা খূৎ এংকী খূৎয়াই অমস্থু খুদোনবীনা ওইগী খুবাক্তা ফুগনি (বিষ্ণুগী মন্ত্র ওইরবদি এংকী খূৎপী অমস্থু খুদোনবীদা ওইগী খুবাকতা ফুগনি।

## অঙ্গ ন্যাস।

আং হৃদয়ায় নমঃ (এংকী খুদোনবী, খূৎয়াই অমস্থু খূৎনিংথৌগী মতোননা থমোইদা শোকপা) ঈং শিরসে স্বাহা ("এংকী খুদোনবী অমস্থু খূৎয়াইনা কোক্তা শোকপা) ঊং শিখায়ৈ বষট্ (খূৎপীনা শিখা শোক্কনি) ঐং কবচায় হুং (খূৎওইগী খুবাক্তা এং হাপলগা খূৎ অনি লপনহুনা এং, ওই ২গী খুদোন তরানা শোক্কনি) ঔং নেত্রত্রায় বৌষট্ (ওইগী খুবাক্তা এংকী খূৎনম থমলগা এংকী খুদোনবীনা মীৎ এং খূৎয়াইনা লাইপক খূৎনিংথৌনা মীৎ ওই শোক্কনি। পূজা তৌগদবা লাইনা মীৎ অনি পাল্লবদি ঔং নেত্রাভ্যাং বৌষট্ হাঙৈরগা খুদোনবীনা মীৎ এং খূৎয়াইনা ওইগী মীৎ শোককনি। বঃ অস্ত্রায় ফট্ খূৎ অনিগী খূৎপাক শোক্লগনি। (পূজা তৌগদবা দেবতাগী বীজ মন্ত্রনা ব্যঞ্জন বর্ণনা হৌরবদি ব্যঞ্জন বর্ণ অদুদা আং ঈং নাচিংবা স্বর অসিক্তা পল্লগা ন্যাস তৌবা য়াই স্বর বর্ণনা হৌরোই)। মাদুদি শ্রীকৃষ্ণগী "ক" নি।

## বিশেষার্ঘ্য স্থাপন।

মথক্তা সামান্যার্ঘ্য স্থাপন হাঙৈখরে, বিশেষার্ঘ্য অসিদি পূজা অদুনা লোইত্রিবা ফাউবা থমগনি।

মহাক্কী ওইরোম থংবা নাকতা চিথেক অহুম একলগা মাদুদা অখোংদা শঙ্খ থমগনি। ময়েক মপীবু হুক্লংনা শোনলগা— (ক্ষং, ক্ষং,

হ্ং সং, ষং, শং, বং, লং, রং, যং, মং, ভং, বং, ফং, পং, নং, ধং, দং, থং, তং, ণং, ঢং, ডং, ঠং, টং, ঞং, ঝং, জং, ছং, চং, ঙং, ঘং, গং, খং কং অঃ, অং, ঔং, ওং, ঐং, এং, ৡং, ঌং, ৠং, ঋং, ঊং, উং ঈং, ইং, আং, অং) শঙ্খদা ঈশিং হাপকনি। মূলমন্ত্র অহমলক শোন্দুনম্নু ঈশিং হাপকনি। শঙ্খগী মতোনদা লৈ চন্দন, তিংথৌ, চেঙ অঙৌবা অমস্নু ঈশিং মাসিন্নু অর্ঘ্য কৌই। অর্ঘ্যবু নমঃ হাঙ্গৈহুনা শেমগনি। "মং দশকলাব্যাপ্তবহ্নি মণ্ডলায় নমঃ" (হাঙ্গৈহুনা শঙ্খগী মখোংদা পূজা তৌগনি)। অং দ্বাদশকলাব্যাপ্তসূর্য্যমণ্ডলায় নমঃ (হাঙ্গৈহুনা শঙ্খদা) ষোড়ষকলাব্যা-প্তচন্দ্রমণ্ডলায় নমঃ ( ঈশিংদা পূজা তৌগনি ) পত্র অহমনা শঙ্খদা লৈবা ঈশিংবু শোকলগা— "ওঁ গঙ্গে চ যমুনে চৈব গোদাবরি সরস্বতি নর্ম্মদে সিন্ধো কাবেরি, জলেঽস্মিন্ সন্নিধং কুরু।" মাসি শোনহুনা তীর্থবু আবাহন তৌ, অহুদা "আং হৃদয়ায় নমঃ, ঈং শিরসে স্বাহা উং শিখায়ৈ বষট্, ঐং কবচায় হুং, ঔং নেত্রত্রায় বৌষট্, বং অস্ত্রায় ফট্" হাঙ্গৈনা শোনলু। ঈশিং অহুবু পূজা তৌগদবা দেবতা অহুনি হাঙ্গৈনা নিংউ। মৎস্যমুদ্রানা কুপউ, মূলমন্ত্র ৮ লক শোনলু, ধেনুমদ্রা উৎলু। অহুদগী শঙ্খগী ঈশিং অহু কোশাদা থরা লৌরগা ৷কাকতা অমস্নু পূজা তৌনবা পোৎপু থিকউ। অহুগা পূজা তৌগদবা দেবতা ধ্যান তৌরগা আবাহন তৌগনি।

## ঋষিনা চিংবাবু নিংসংবা।

"ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা।" মহামন্ত্র অসিবু —অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্র কৌই। মাসি ফোংনা শোনবা য়াদে। মহাঙী শ্রীনা-রদনা ঋষিনি, ছন্দংনা গায়ত্রীনি, সকল লোকানন্দ ভনয়ংনা মহাঙী দেব-

জনি। হ্রীঁ না বীজনি, স্বাহানা শক্তিনি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রকৃতি দুর্গানা অধিষ্ঠাত্রী দেবতানি, অভিমত সিদ্ধিগীদমক বিনি য়োগনি। মাসি থংলগা খুৎ লোয়াহুনা শোনগনি। মাহুদি "ওঁ অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্রস্য শ্রীনারদ ঋষিঃ গায়ত্রীচ্ছন্দঃ সকল লোক মঙ্গলানন্দ তনয়ঃ দেবতা হ্রীঁ বীজং, স্বাহা শক্তিঃ শ্রীকৃষ্ণ প্রকৃতি দুর্গা ধিষ্ঠাত্রী দেবতা অভি মতা যৈ বিনিয়োগঃ।" অসি হায়গনি।

শ্রীহরি ভক্তি বিলাসগী ব্যাখ্যাদা শ্রীসনাতন গোস্বামি পাদনা ভাকপা উপাসনাদি, অসিনি,—

মন্ত্রবু উপাসনা তৌবনা শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌবা ওই, মাহুগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌবনা মন্ত্রবু উপাসনা তৌবা ওই, মাহুদি,="মন্ত্র উপাসনা"="শ্রীকৃষ্ণ উপাসনা"।

"ততো জপন্ কামবীজং ত্রিস্থানস্থং পরমং মহঃ।
মূল মন্ত্রাত্মকং বীজেনৈকীভূতং বিবিন্তয়েৎ॥"

ভজন তৌবা মীনা মচাকী মূলাধার (গুহ্যনে লিঙ্গনে অনিগী মরকতা খুদোন এনিগী মান ওইবা মফম) দা, হৃদয় (থজিন অকুৎপা মপাগী মনুং)দা অমসু পীগম অনিগী মরক্তা মনুংদা মফম অহম অসিদা নোং থাং কোটি অমা মরুম ওানবা. গুণ্ডাইবা মরক্তগী অহেম্বা কুণ্ডলবা মশক ওইবা থম্বৌ থদৎলগা ওইবা মশিং মকুণ্ডগী হেম্না ফুমা খোঞ্জেন লৈ। মাহুগা খোঞ্জেন অহুগা "ক্লীং=ক্লীম্=ক্লীঁ"* বীজ ময়েকী খোঞ্জেনগা মশা অমত্তা

---

* ক্লীঁবু ঙ্ গুম্না পাবা চুমদে। মাহুদি "ক্লীঁ" উচ্চারণ তৌবদা নাতোন লোমদা স্বর চৎহন্দুনা উচ্চারণ তৌগদবনি। মহুংদা উপাসনা মন্ত্রসু মহুংদা ভাবনা হাঙ্গদবনি। ভারত মচাগীদি শব্দ তত্ত্বনা উপাসনা তত্ত্বনি। ভাগবত ধর্ম্মদাসু শব্দ তত্ত্ববু উপাসনা তৌরবা শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা একাদশ স্কন্ধদা তাকই। মাসি শ্রীগুরুদগী তমগদবনি। মফম অসিদা শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামীনা হরি ভক্তি বিলাসদা ইবা শ্রীসনাতন গোস্বামীনা মাহুবু ব্যাখ্যা তৌবাবু মৈতৈরোলনা হন্দোকপাতনি।

ওইনা নিংগনি, হাইবদি মফম অহুম 'অহুদা লৈবা ·কুপাপ্রবা খোঙ্জেল অহুবু "ক্লীঁ" হাইবনি অমুক্তা নিংগনি। অমুক্তা শ্রীব-মহাপ্রভুগী শ্রীচরণ্য যুগত শিষ্টসীংনা চৎনৈ।

"তচ্চ পঞ্চাঙ্গ ন্যাসেন সাকারং স্বেষ্ট দৈবতং।
বিচিন্ত্য পঞ্চাঙ্গাদীনি ন্যসেত্তস্মিন্ যথাস্বনি॥"

হাইপ্রবা "ক্লীঁ" খোঙ্জেল অহুদা শ্রীগুরুনা ভাকপীবা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমূর্ত্তি অহু ওইনা সংসংনা লৈরবা শ্রীঅঙ্গগী মফম মঙাদা ১ ক্লীঁ ২ কৃষ্ণায়, ৩ গোবিন্দায় ৪ গোপীজন বল্লভায়, ৫ স্বাহা, মঙাসিবু হাপকনি, মাহুদা বৈষ্ণবনা ভোগদবা,—

কুর্যুর্ভগবতি প্রাদুর্ভূতে কৃষ্ণে চ বৈষ্ণবাঃ।
তত্তন্ন্যাসান ভেদায় মনো ভগবতাসহ ॥"

মূলাধারনে থমোইনে অমসু পীগুম অনিগী মরকনে মফম অহমদা লৈবা "ক্লীঁ" খোঙ্জেল অহুনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমূর্তি ওইনা নিংলবাদা মন্ত্রগী মঙা খোকনা খাইদোক্লবা ময়েক অহুগা মথা অমত্তা ওইনা নিংবাবু মন্ত্র ন্যাস অমুক্তা বৈষ্ণবসীংনা চংলি। মাহুদি— ১ শ্রীকৃষ্ণগী কোককা ক্লীঁগা ২ মীৎ অনিদা কৃষ্ণায়গা। ৩ চীনদা গোবিন্দায়গা। ৪ শ্রীকৃষ্ণগী থমোইগা গোপীজন বল্লভায়গা 'অমসু ৫ শ্রীকৃষ্ণগী গুহগা স্বাহাগা অমৎতা ওইনা নিংগনি।

কেচিন্ন্যস্যন্তি তত্বাদীন্তব্যক্তানি যথোদিতং।
মন্ত্রার্ণৈঃ স্বরহং সান্তে ভূষণেষু প্রভোঃক্রমাৎ॥

শ্রীগোপাল ভট্টনা কনাগুম্বা বৈষ্ণবসীংগী অতোপপা মত অমাসু তাক্লি, মাহুদি, — কনাগুম্বা বৈষ্ণবসীংনা মন্ত্রগী ময়েক খুদিংমকপু শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গদা উপাঙ্গ ওইবা ইবুঙোগী লৈতেংদাসু হাপনৈ, হাইবদি ময়েকসীং অহুনা ইবুঙোগী শ্রীঅঙ্গ ওইনা নিংই।

## ※মপানগী পোৎলম পুন্নামক্কা থমোই মনুংদা পূজা তৌবা।※

তস্মিন্ পীঠে তমাসীনং ভগবন্তং বিভাবয়ন্। আসনাদ্যৈস্তু পুষ্পান্তৈর্যথাবিধ্যর্চ্চয়েদ্বুধঃ॥ ১৫২॥ ততো মুখে হর্চ্চয়েদ্বেণুং বনমালাঞ্চ বক্ষসি। দক্ষস্তনোর্দ্ধে শ্রীবৎসং সব্যে তত্রৈব কৌস্তভং॥ ১৫৩॥ বৈষ্ণবশ্চন্দনেনামুমালিপ্যোপকনিষ্ঠয়া। প্রাগ্বদ্দীপশিখাকানি দ্বিষড়্লিখেৎ ॥১৫৪॥ যথোক্তং পঞ্চভিঃ পুষ্পাঞ্জলিভি শ্চাভিপূজ্য তং। ধূপং দীপঞ্চ নৈবেদ্যং মুখবাসাদি চার্পয়েৎ॥ ১৫৫॥ গীতাদিভিশ্চ সন্তোষ্য কৃষ্ণমস্মৈ ততোহখিলং। অশক্তো বহিরর্চ্চায়া মর্পয়েজ্জপমাচরেৎ॥ ১৫৬॥

☞ বৈষ্ণবনা মহাক্কী হকচাংমনুংদা শ্রীকৃষ্ণবু পুক্নিংনা উপাসনা তৌবাবু ☜
শ্রীগোপাল ভট্টবা হাঙ্গবাবু শ্রীসনাতন গোস্বামীনা তাকপাগী
মতুংইন্না ইথোকপা।

মাস্তুম তৌদুনা মহাক্কী হকচাংপুম্বাবু শ্রীকৃষ্ণগী নৈফম ওই (পীঠ) না শেম্নগা মুগা ধার, হৃদয় অমস্তু পীগুম অনিগী মরক মফম অদুম অসি কাউবা হকচাং মনুংদা "ক্লীঁ" খোঞ্জেননা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুর্ত্তিবু —পুকনিংনা লিংখৎকনি অস্তুন্না হাঙ্গথরে, মাদুগী ভাবত্তি, অসিনি,— তাইবংদা ঐখোইনা করিগুম্বা পোৎলম অমনা করিগুম্বা মশক অমাবু সাই, মাদুদি,— নৈপাকনা চফু অমা সাই। মাদুগুন্না "ক্লীঁ" খোঞ্জেন অসিনা ইবুঙো শ্রীমুর্ত্তিবু লিংখৎকনি, খোঞ্জেন অদুদি চুম্নাগী নৈপাক কুম্বা মায়ানা ওইবা অচম্বা পোৎ অসি নত্তে অমস্তু খোঞ্জেননি হাঙ্গদুনস্তু ঐখোইনা নাকোংদা তাবা ফংবা "ক্লীঁ" অদু নত্তে। থম্মোগী মরাদগী হেন্না কুপ্পা পীকশ্রবা, মচুনা নোংথাং কোটি অমাদগী হেন্না শংবা অমস্তু

মুঙাইবাগী থমথেংবা, মাবু মাম্নুথ মুঙাই হাঙৈনা চীম্না তাঙৈদোকপা থোক্ত-বা অতুগুম্বা মুঙাইবান্না মাগী মশক ওইবা, মাবু আনন্দ ঘন কৌবা “ক্লীঁ” থোঙ্গ্লেননি, থোঙ্গ্লেন অসিবুদি শ্রীগুরুগী কৃপা ফংলবা সাধকতনা তাবা ফংই,— চুম্নাগী মীনদি তাদে, শ্রীভাগবতনা হাঙৈ “যত্তিরোধাদ্ বিভাব্যতে” অচুমবা মীনা নাকোং মেনসিনলগা বাৱা লাওবাগুম মতা অমা ওইনা তাবা অতু অতুগুম্বা “নাদ”না হকচাংদা লৈবগী থূদমনি। অসিগুমবা “নাদ” অসিদি অচম্বা মায়াগী পোৎলম ইথরাইনা তাবা থোঙ্গ্লেন অসি নত্তে। মাদি শংশংবা শ্রীকৃষ্ণতনি। অসিগুম্বা পোৎশক অসিনি মচাক ওইতুনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী যুগল শ্রীমূর্ত্তিবু ইবেমা ইবুঙো অনিগী থোম্লিবা আভরণ=উপসগা লোইননা লিংথৎকনি। মী মহাক্কী হকচাংদা মুলাধার (গুহ্যগা লিঙ্গগা অনিগী মরক্তা অহাংবা খূদোন অনিগী মথুংদা থম্বাল মনা মরি পানবা অমা লৈ মাতুগী মথক্তা শ্রীচরননা. লেৎলগা মক্কম অতু-দগী—মথকলোমদা স্বাধি, মণিপূর (থোই মথুংদা) থমোই (অনাহত) শুক্তা বিশুদ্ধ, অমসু থোপ্তা আজ্ঞা কৌবা থম্বান তরুকপু সুষুম্না কৌবা থম্বৌ মরাদগী হেম্না কুপ্না মড়ীনা লেংতুনা লৈ, মাতুম্না লৈবা সুষুম্না মড়ী অতুনা লম্বেন ওইতুনা থমোই অমসু পীগুম অনিগী মরক ফাউবদা শ্রীমূর্ত্তিবু শ্রীগুরুদেবনা তাকপীবা উপায়না এংগনি। মাতুম্না এংবদা ৺ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহনা উথিবা মবুঙোগী শ্রীমূর্ত্তিদি,—

ঐখোইনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী যুগল শ্রীমূর্তি এংবাবু অমোক হন্না ব্যাখ্যা তৌবা,—সেতারগুম্বা যন্ত্রবু শাগী মড়ীদা কাপলগা মরিছুনা নিকপদগী খোংস্রেনবা খোক্‌না কাপকমদগীবা খোঙ্গেননা মথক লোমদা চৎখি, মাহুবু মাগী পর্দাদা খুৎনা নমহুনা খাম্লগা মাহুদা খেংবদা মখোন মান্নাদবা মখন মখন খোকই, মাহুগুম্না মুলা ধারদগীনা সুযুম্না মড়ীনা নিকপদগী ব্রহ্মনা সুযুম্নাদা "ক্লী" নাদনা মথং মথং কাখৎপনা পীগুম অনিগী মরক পর্দাদা খামহুনা খোকপা "ক্লী" অহুনা যুগল শ্রীমূর্তিবু শেম্বনি। অসিগুম্বা ইবুঙো ইবেমাগী শ্রীমূর্তি অসিগী সাধকা থংলে চাঈহুনাসু মী খুদিংনা ঈরাই লাইনা উগদবা নত্তে। ঐখোইনা শ্রীগুরুদগী দীক্ষা ফংবদা ঐখোইবু শ্রীগুরুদেবনা মীৎ উইশনহনলগা নাকোংদা মহামন্ত্রবু তম্বিহুনা এংহনলি, শিষ্যনা উরবাদা নং উরবরা? হাঈহুনা হংলবা মতমদা শিষ্যনা মাঙোন্দা চাননা উরবা মতমদা "উরে" খুমই, শ্রীগুরুদেবনা সনাগী এক্তুম অমনা শিষ্যগী থমোই (অনাহত) দা সোকতুনা নমিৎ পাংলো, নংনা উরিব অহুনি ঐগী নংগী ঐখোই অনিনা উরিবা অহু চপমান্নে হাঈনা তাকতুনা উহনখিবনি। মাসুমনা উরবা শিষ্যনা "অজ্ঞান তিমিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জন শলাকয়া। চক্ষুরুন্মীলিতংযেন তস্মৈ শ্রীগুরবেনমঃ" হাঈহুনা শ্রীগুরুবু খুরুমহুনা লৌরকপা ফংলকপা শ্রীমূর্তিনি। মাহু ফংখিদ্রিবা মীনাদি উবা ঙমদে। মাসিবু ফংনবা গীদমক শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগীতাদা শ্রীভাগবততা তাকই, "প্রণিপাতেন পরিপ্রশ্নেন সেবয়া"— শ্রীগুরুদেববু থুমিৎ চুপ্পা খুকমহুনা হংহুনা অমসু খোগন তৌহুনা তাকপাদবনি। মাহুম্না তানবদা শ্রীগুরুগী কৃপানা ফংলবা মীবু বেদদা শ্রুতিনা হাঈ,—"ভিদ্যতে হৃদয়গ্রন্থিঃ ছিদ্যন্তে সর্বসংশয়াঃ। ক্ষিয়ন্তে চাস্যকর্ম্মাণি তস্মিন্ দৃষ্টে পরাবরে॥"— মহাকপু হেক উরবদা মী অহুবু পুনলম্বা কিখিনা মথন্তা কোকচখি, মীগী পুক্নিংদা চিংনবা পুম্নমক মথন্তা তংখি অমসু মী অহুগী মপোক ২ খুদিংদা তৌরকপা পাপসু পুণ্যসু লাইনা মথম্বা মাংখি।

মাসুম তৌহুনা উরিবা শ্রীমূর্ত্তি অহুবু উপাসনা তৌবদা ইবুঙো

মহাকনা মায়ানা শেম্বা অমাংবা হকচাং অসিদা ইবুঙোনা লেংসিনলপা য়ানবগী দমকতা ঐখোইনা ব্রাহ্ম্য মুহূর্তদগী হৌহুনা দন্ত ধাবন, স্নান, আচমন, তিলকনা চিংবা তৌহুনা শেংদোক্লকপনি। অসুম্না শেংলবা হকচাংদা ইবুঙোনা লেংসিললকলবদা, মথক্তা হাঙ্গৈখ্রবা পোৎলম লৈ, চন্দন, অর্ঘ্য, জলনাচিংবা অহুর্তাসু নত্তনা মানা মবুঙোদা কৎনিংবা পোৎলমপুম্বাবু থমোই মন্নুংদা পুথোকতুনা মাংদা মথক্তা হাঙ্গৈখিবা মফম ২ দা থাগনি, অহুগা পোৎসিং অহুগী মমিং ২ অহু হাঙ্গৈহুনা অমসু পোৎ পুন্নামক অহুদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবুসু হাঙ্গৈহুনা লৈনা, চন্দনা, ঈশিংতনা ওইরবাসু পূজা তৌরগা ইবুঙোদাসু পূজা তৌরগা পোৎসিং অহুবু হৌনবিকাইদানা ইবুঙোদা কৎকনি। অহুগী মথংদা শ্রীমুখদা হাপলিবা বেণুবু শ্রীবক্ষস্থলদা থোনলিবা বন মালবু এৎথবা স্তনগী মথক্তা লৈবা "শ্রীবৎস" কৌবা থম্বোবু থেক্তৎলগা থোরকপা মরা মরুম কুপ্পা অঙৌবা তুরৈনা ইন্দ্রনীলমণিবু ঙমজবা, থবাক্তা ময়িপরেং লৈবাবু অমসু মাহুগী মপাদা ওইরোমদা লৈবা "কৌস্তভ মণি" বুসু শ্রীকৃষ্ণগী উপাঙ্গ কৌবাসীংবু পূজা তৌগনি। মাগী মথংদা খুৎনিংথৌনা চন্দন লুপলগা সাধক বৈষ্ণবনা শ্রীঅঙ্গগী মফম ১২দা (ঐখোইদা চন্দন থিনবা মফম ২ অহুগা মানবা মফমদা) থাওমৈ মৈরিগুম্না একতুনা থোনহনগনি, মাহুবু শ্রীঅঙ্গদা "ভক্তিচ্ছেদ" একপা কৌই। ( মফম অসিদা ভগবানদা চন্দননা একপাবু বৈষ্ণবনা তৌগনি, হাঙ্গৈবগী ভাবতি অসিনি,— ক্রমদীপিকাদা হাঙ্গৈবগী মতুং ইন্না জ্ঞানীসীংনা মহাক ২কী হকচাংদা একপা চন্দনগী ময়েক অহুবু বৈষ্ণবসীংনা মাগী মশাদা একদবগী মহুৎতা ইবুঙোগী শ্রীঅঙ্গদা একনি, অসুম্না শ্রীসনাতন পাদনা তাকই)

অতুগী মতুংদা লৈ খূজোক মঙা কৎকনি, অতুগা ধূপ, দীপ, নৈবেদ্য (লুক) অমসু মুখবাস পানানাচিংবা কৎকনি। অতুগী মতুংদা রাজসেবা পুম্বা ঈশৈ, যন্ত্র, জগোই, নাচিংবা কৎকনি অতুগা শ্রীগুরুদগী ফংলক পা মহামন্ত্রবু মালাদা ভঙ্গামথৈ শোনলগা, শোনখিবা মন্ত্র পুম্নামকপু ইবুঙোগী এৎথংবা সনাখূৎতা কৎকনি।

পুষ্পাঞ্জলী কৎপদা শ্রীসনাতন পাদনা তাকই, মাহুদি,— ১ ইবুঙোগী শ্রীচরণদা তুলসী পত্র অঙৌবনে অমুবনে অনিনা খূজোক অমামম কৎকনি। ২ ইবুঙোগী থজিন্দা করবীর লৈ, অঙৌবা অঙাংবা অনিনা খূজোক অমামম কৎকনি। ৩ ইবুঙোগী কোক্তা থম্বাল অঙৌবা অঙাংবা অনিগী খূজোক অমামম কৎকনি। ৪ অমোকসু হন্না ইবুঙোগী কোকতা তুলসী অঙৌবা অমুবা, করবীর অঙৌবা অঙাংবা অমসু থম্বাল অঙৌবা অঙাংবনা মথন তরুকনা খূজোক ওইনা কৎকনি। ৫ মথক্তা হাঙ্গৈখ্রবা মথন তরুক্কী খূজোকনা ইবুঙোগী শ্রীঅঙ্গ পুম্নামক্তা মঙারকসুবা লৈ খূজোক ওইহুনা কৎকনি। মাহুম্না কৎপদা অঙৌবনা এৎথংবদা ওইরোমদানা অতোপপা মচুনা কৎকনি।

শ্রীসনাতন গোস্বামী অমসু শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামীনা শ্রীভগবান্‌বু ধ্যান পূজা তৌবাবু শাস্ত্রাপুম্বাগী প্রমাণ বচনখিবিক্তা মরম ওইহুনা শ্রীহরি ভক্তি বিলাসদা তাক্লগা মহাক্কী মাহাত্ম্যবু অমোক হন্না হাঙ্গৈ। মাসুম তৌহুনা থমোইদা ইবুঙোবু সেবা তৌবনা মপান্দা সেবা তৌবদগী হেন্নলি, হাঙ্গৈনা তাকই। মরম অসিদগী অহানবদা মতুংদা পূজা তৌবা লোইরগা মতুংদা মাগী ধ্যাননা সেবা তৌরিবা শ্রীগুরুগী কৃপাদগী উরবা প্রভুগী শ্রীচরণদা মখাদা হাঙ্গৈরিবা বিজ্ঞপ্তি অসি তৌরগা মপানদা উব্রিবা হৈ, লৈনাচিংবনা মপান্দা অমোক নহাক্কী সেবা ওইবা পূজা তৌজরগে, অসুম্না হাঙ্গৈজগনি,—

" অহরজাংদেহি ভগবন্ মহির্যাগে মম প্রভো।"—মাসুম্না হাইজরগা শ্রীভগবান্গী লোকতগী মীৎ থাংথোক্তুনা মায়া থাব মপানগী ভাইবংদা ইপুঙোংগীদমক ভুম্বা মথৈ সেবা ওইবা পূজাবু তৌগনি, হাইবদি লাৎকনি।

শ্রীমদ্ভাগবতনা হাঙ্গি, শ্রীকৃষ্ণদা তৌবা ভক্তি অক্ত পুম্বামক্তা ময়ক্তা মথন মাপননা অথোইবনি। সপ্ত মস্কন্দদা মাসুবু হাঙ্গি, ১ শ্রবণ. ২ কীর্ত্তন, ৩ স্মরণ, ৪ পাদ সেবন, ৫ অর্চ্চন=পূজা, ৬ বন্দন, ৭ দাস্য, ৮ সখ্য অমসু ৯ আত্ম নিবেদন অসিনি, মাসুগী মগুংদা থমোই মনুংদা—শ্রীভগবান্বু মানসিক উপচারনা (পুকনিংনা হিবুঙোম লাৎনবা পোৎলম সেমচুনা) ধ্যান মূর্ত্তিবু (ধ্যান তৌহুনা লিংখৎপা শ্রীমূর্ত্তিবু) লাৎপা অসিনা শ্রীভাগবতনা তাকপা ভক্তি মথন মাপনগী মনুংদা অছুম স্নবা ভক্তি অমনি, অস্মুম্না শ্রীরূপ গোস্বামীনা হরি ভক্তি রসামৃতসিন্ধুদা হাঙ্গি। পুকনিংগা কবিগুম্বা অমগা মরি লৈনাবাবু নিংসংবা=স্মরণ কৌই। ধ্যান কৌবনাবু রূপ (শক) গুণ (মভিক মওম) ক্রীড়া (সান্নবা) অমসু সেবা (মহাক্তী সেমবাগীদমক পোৎলম কৎপা) বু ধ্যান কৌই। অস্মুম্না শ্রীহরি ভক্তি রসামৃত সিন্ধুদা তাক্লগা, সেমবু ধ্যান তৌবাবু পুরাণগী বাহৈনা উদাহরণপী—

"মানসোপচারেণ পরিচর্য্য হরিং মুদা।
পরে বাঙ্ মনসাগম্যং তংসাক্ষাৎ প্রতিপেদিরে॥"
( হরিভক্তিরসামৃতসিন্ধুঃ পূর্ব্বলহরি ২।৭৯ )

– পুকনিংনা পূজা তৌনবা পোৎলম পুম্নাবু শেমলগা শ্রীভগবানবু হরাওনা পূজা তৌরগা চিন্না মাবু হাঙ্গিদোকপা থোক্তবা পুক্নিংনাসু মাবু খনবাদা লাম্বা ফংদবা শ্রীকৃষ্ণ মতুংদা সোইদনা সংসংনা ফংই।

মাসিগী ব্যাখ্যাদা শ্রীজীব গোস্বামীনা রাফম অসিবু ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণগী রারি অমা পুথোকতুনা সদাচারনা (বৈষ্ণবনা তৌনবা অফবা লম্বেননা) অমোকহন্না চেৎসিনহনলি। মাহুদি প্রতিষ্ঠান পুরদা কনা-

গুম্বা ব্রাহ্মণ অমা লৈরমই, মাদি য়াম্না কাইরবনি, খন্দুনা করি অমং ভা তৌদে। মাদি মপূক য়াম্না শেংই, নোংমকী হুমিত্তা ব্রাহ্মণ ময়াম ফম্বা সভাদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম তাকই। বৈষ্ণবকী ধর্ম্মদি পুকনিংতনা তৌরবস্থু সিজি কংই, হাঙনা তাই, মাহুমকী হৌহুনা ব্রাহ্মণ অহুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাবু হুমিতগী গোদাবরী তুরেন্দা পুক্লিংনা ইরুহুনা অচিকপা মফমদা ফমহুনা ভুত শুদ্ধি, প্রাণায়ামাচিংবা তৌহুনা মাগী হকচাংবু শেংদোক তুনা পুকনিংবু লেংহন্দরগা মহাক্তী পুকনিং মনুংদা শ্রীকৃষ্ণগী মানা পাম্বা শ্রীমূর্ত্তিবু পুকনিংনা লিংখৎতুনা রাজ সেবা ওইনা নিত্য সেবা তৌই। মহাকনা মফি তাখৎতুনা পুকনিংনা সাবা শ্রীমন্দিরগী য়াই তৈবা সিংপনাচিংবা তৌই, যন্ত্র খোংবা ঈশৈ শকপা জগোইসাবানা চিংবনা ইবুঙোবু হৌদোকপা সনা লুপাগী কোরিগী পাত্র ময়াম্না গঙ্গ জলনা চিংবা তীর্থগী ঈসিং ময়াম শোকপনা চিংবনা মবুঙোগী থৌগন তৌই। মাহুমনা হুমিতগী তৌরকপদা নোংমদি মানা মবুঙোদা কৎনবা পুকনিংনা ষঙ্গোমক্ষীর হৌই। সনাগী পাত্রদা হাপতুনা কৎনরগীদমক শ্রীমন্দিরদা পুসিন্দুনা চংবদা সামন্দুনা মথুৎ পোক্লে। মাগী অসাবনা পোক্লবা মথুৎ মতোনবু উবদা ব্রাহ্মণ অহুনা য়ারে, ঐগী থুৎ পোকতুনা ক্ষীর অসি মাংলে, কৎপা য়াদরে, হাঙনা য়াবামক্তনা সমাধি কাইরে মপান্দা মমীৎ পাংহুনা এংবদা মথুৎ অহু মপান্দাস্থু পোক্লমই। ব্রাহ্মণ-গী মতৌ অসিবু বৈকুণ্ঠদা শ্রীকৃষ্ণনা উরহুনা নোকই, শ্রীলক্ষ্মীনা চিংবী থৌগন তৌরিবীসীংনা ময়ম হংবদা ব্রাহ্মণ অহুনা তৌবাবু শ্রীকৃষ্ণনা তমহুনা মনাই ব্রাহ্মণ অহুবু বিমানদা লৌরুহুনা চংনা ২ ভাগবততম্বু ওইহুনা সংসংনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা কংখি। ঐখোইগী বৈষ্ণবাচার্য শ্রীগুরু

চরণসীংনা তাকপীবা শাস্ত্র পুম্বাগী প্রমাণ বচনসীংনা মরম ওইহুন ঐখোইনা লেপলে, মাহুদি,— শ্রীকৃষ্ণগী সেবা পুম্বাদগী মানসিক সেবা অসিনা অহেনবনি'। ঐখোইনা মপান্নদা — তাইবং অওানবাদা ইবুঙোগী শ্রীমন্দির শ্রীমুর্তি লিংখৎতুনা ঐগী পাঙননা ওম্বামথৈ সেবা কৎলি, যাত্রা পর্ব্ব খুদিংদা কুমৈ তৌই, মাহ্ন পুম্নামক অহুদাম্ন পুকনিংতনা শেমহুনা তৌগদবনি, হাঙ্গৈবদি হৈ, নৈনাচিংবা পোৎলম পুম্বা অহুবু মপানদা উরিবা পোৎ অসিনি, হাঙ্গৈনা উবা য়াদে, প্রাপঞ্চিক তয়াবুদ্ধেহরিসম্বন্ধি বস্তুনঃ। মুমুক্ষুভিঃ পরিত্যাগঃ ফল্গুবৈরাগ্যউচ্যতে॥”— মোক্ষবু পাম্বা জ্ঞানীসিংনা হরিগী মরি থোকনববা পোৎপু'চুমনাগী অচমবা অসিনি হাঙ্গৈনা নিংলুবদগী থাদোকপাম্ন, ফাল্গু বৈরাগ্য কৌই। অমসু শাস্ত্রনা হাঙ্গৈ, মাহ্নম্না নিংলুবদগী সিরগা ব্রাহ্মরাক্ষস ওই, অসিনাচিংবানি। মী-ওইবনা ভগবানবু শাস্ত্রনা হাঙ্গৈবগী মতুংইন্না সেবা তৌবা ওম্বা হৌনদে। অহুবু মপানদা মানা ওমজবাবু মাগী পুক্লিংনা ইবুঙোদা ভক্তিনা কৎপা অহুতনা প্রেম সেবানি। প্রেম সেবা অহুতবু ভগবান্না লৌই। শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গৈ,— “পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যোমেভক্ত্যা প্রয়চ্ছতি। তদহং ভক্ত্যু পহৃত মশ্নামি প্রয়তাত্মনঃ।”— উনা, মপান, মহৈ নত্রগা ঈসিংতা ওইরবাম্ন ভক্তি তৌনা কৎলকপা, ভক্তিগা লোইনবা পোৎ অহুবু ঐনা চাই। অসুম্না হাঙ্গৈ। শ্রীভাগবতনা তৃতীয় স্কন্ধদা হাঙ্গৈ,— উদ্ধবনা অঙাং চহি ৫ সুবা মতমদা সাম্নবাবু শ্রীকৃষ্ণগী সান্নবনি, নিংহুনা সান্নৈ মাহুদা মপুক্লিং চংমনখিহুনা মমানা চরারাল্লু হাঙ্গৈনা কৌবাবু তাদে। অহুনা মানা শ্রীকৃষ্ণগী বন্ধান্নাচিংবনা ফংবা ওমত্রবা প্রেম সেবা ফংহু না নিত্যপার্ষদ ওইখি। অহুনা কনানো প্রভুগী সেবাবু শাস্ত্রগী মতুং

ইম্না অনস্থ প্রভুগী মতিকচাবা সেবা তৌবা গুম্না হৌনদে। মুপনাগী ঐগী ঐগী পুক্লিংতনা সেবা .তৌজবনি। মাহুতনা ইবুঙোগী পেল্লাবা ওইবনি। মাহুতবু ঐখে'^না ফংনবা তানজবনি। অদুনা হুজিক্তি বৈষ্ণবসীংনা মপানদা ইবুঙোবু সেবা তৌবগী রাএন খরদং হাঈরি, মাসিবু বৈষ্ণবসীংনা শেংলবা বৈষ্ণবকী পুকনিংনা শেংদোক্‌না লৌরগা কৎকনি। মথক্তা প্রাতঃদা দন্তবধনাচিংবাবু হাঈখিবা অদুদি ইবুঙোগী সেবা অসি তৌবা য়ানবগী দমক্তা হকচাং অসি শেংদোকপাতনি।

## ※মধুর প্রেম ভক্তসীংগী ভাব ভজন পদ্ধতি।※

মৈতৈদি মধুর প্রেম ভক্তনি। তাইবং পানবদা লাইরিক পুম্নামক্তগী বেদনা ইহান হানবনি, 'হাঈনা তাইবংপানবাগী পণ্ডিত অয়াম্বনা য়াদৈ। অসিগুম্বা পুন্নামক্তগী মানা ইহান হানবা বেদনা তাইবংপানবা পুম্নামককী মফম পুম্নামক্তগী ম'ণপুর কৌবা মফম অসিনা ইহান হানবনি, হাঈ। বেদনা মাসিমাস্থ হাঈ, মাদুদি, – তাইবংপানবদা ধর্ম্ম পুমনামক্কী ধর্ম্মদগী মানা ইহান হানবা ধর্ম্মনা মণিপূরদা ইহান হান্না ওই, অদুগা ধর্ম্ম অদুনা মণিপূরদা লেংদনা লৈবগা অতোপ্পা লমদা কোন্না সন্দোকই অম্মমনা ঋগ, যজুঃ সাম অমস্থ অথর্ব্ববেদ মরিমকনা মন্ত্র ভাগতা চাঈ, মাদুবু ব্রাহ্মণ ভাগতা আরন্যকং উপনিষৎ পুম্নামক্কা ব্যাখ্যা তৌদুনা হাঈ। অসিগুম্বা ইখরাইমক্তগী হানবা ধর্ম্মনা, মণিপূরদগী হৌখিবা অদুবু হুজিক ফাউবা মৈতৈনা ভাক্তুনা চৎলি অসিগুম্বা মৈতৈনা তৌবা ভাব ভক্তিদি মধুর প্রেম ভক্তিনি। অদুনা মণিপূরগী মৈতৈ সম্প্রদায়দি মধুব প্রেম ভক্ত ভাকনি। মৈতৈনা এনহৌঙৈদগীনা পার্ব্বতী পরমেশ্বরবু মধুর প্রেম ভক্তি তৌদুনা কান্তা ভাবনা উপাসনা তৌরকই। মতুংদা কাইথংদা খৃষ্টনা পোক্তদবা চহি ১০০ চামা বাৎলিঙৈদগীনা পোক্লবা মতুং চহি চামারোম ফাউবা চাওরাক্লা চহি চানিগী

মহুৎদগীনা মৈতৈনা মধুর প্রেম ভক্তিদা পরকীয়া কান্তা ভাবনা ভক্তি তৌরকই। মাহুগী মতুংদা খুন্থগী চা তারা নিপানদগীনা মধুর প্রেম ভক্তি দা পরকীয়া কান্তা ভাবনা পার্ব্বতী পরমেশ্বরগী মহুৎতা শ্রীরাধা কৃষ্ণবু ভজন তৌরকই। মরম অসিনা হুজিক্কি ঐগোইনা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা তাকপাগী মতুং ইন্না শ্রীহরি ভক্তি রসামৃত সিন্ধুদা শ্রীরূপ গোস্বামীনা তাকপা মধুর প্রেম ভক্তিগী উপাসনা পদ্ধতিবু হাঙ্গরি।

ভাব ভক্তিগী ভজন অসিদি হাঙ্গত্রবা মানসিক (পুকনিংনা তৌবা) সেবা অংগী অরোইবা থম থেংবা ভুমথেনি। অমসু বহিঃ সেবা হাঙ্গবদি মপান্দা ইবুঙোবু সেবা তৌবা মন্দির শেংবা, ইবুঙোগী দমক হৈ, লৈ, তুলসী, নুকনা চিংবা কৎপা আতি তৌবানা চিংবা মপান্দা তৌবা অহু তৌবদাম্ব ভাবনা অহুমক লোইননা তৌমিন্নাগদবনি। মাসি তৌবনা মহুংগী মপানগী সেবা পুম্বদা অকাইবা লৈতে থোইদোক্লামক সেবা পুথনামকপু হেনগমইনবনি।

"সেবা সাধকরূপেণ সিদ্ধরূপেণ চাত্রহি।
তদ্ভাবলিপ্সুনা কার্যা ব্রজলোকানুসারতঃ॥"

—ব্রজবাসীসিংগী মতুং ইন্দুনা ব্রজবাসীসিংগী ভাবপু পানহুনা মীওহুগী মাঙোন্দা ওইরিবা মশকনা অমসু মাগী পুকনিংনা শেমলিবা শ্রীগুরুনা তাকপীবা মাগী সিদ্ধনামু শ্রীকৃষ্ণগী সেবাবু তৌগনি।

সন্দোকপা— ভাইবংপানবা পুম্বাবু ভাইবংপানবগী মপুনা ইবুঙো মাগী পুকনুংদা হাপচিন্দুনা প্রেমরূপী মতমদা পুমনামক্তা থন্না লৈবা সমু ত্রগী ঈসিং মহুংদা লৈ। অমত্তগী মশক ওইবা কমুংদা হিপতুনা চেপত্রবা দা ভাইবং পুম্বাবু অমোক শেমনাবগী দমক বেদ পুম্বানা নিংথৌনা তুমত্র বদা বন্দীসিংনা য়াকাইরোন শকতুনা হৌদোকপাগুন্না ইবুঙোবু লৈসি লৈথোন্দুনা হৌদোকই, মাহুদা কেন্সিংনা ইবুঙোদা বর নিখি, মাহুদি— হে ইবুঙো। নহাক্কী ব্রজলোক ভাইবং পানবগী রাংমদা লৈবা মফমদা

ব্রজ গোপী সীংনা ইবুঙো নহাকপু ইপুরোইবনি অস্নুম্না নিংহুনা অহাক্কী সেবা তৌবাবু ঐখোইস্নু ফংজনিংই অস্নুম্না নিখি, মাস্নুম তৌহুনা বেদসীংনা পাম্বা অহুগুম্না ঐখোইস্নু পামহুনা, হাঙ্গবদি হুমিং থানা চিংবনা খোক্তুনা ঙাল্লিবা মী, লাই, তিংচাবা, শা, ঙা, তিলকাং, উচেক, উরা, নাপী সীংবী, অসিনা চিংবা লেংইপাল্লিবা, অচৎপা, চৎত্তবা পুম্নামকনা থননা লৈবা মশাক মমিং প্যাল্লিবা পুম্নামক অসিবু মায়া ধাম কৌই, মায়াধাম অসিগী বাংমদা ইতোপ তোপ্পা হুমিং থানা চিংবানা ঙানবা ঙমদবা, মতম কৌবা অসিনা লৈতবা অতোপ্পা মফম অমা লৈ, মাহুবু গোলোক = ব্রজ = বৃন্দাবন কৌই। অহুগুম্বা মফম অহুদা শ্রীকৃষ্ণগী পাঙ্গল = তৌবা ঙম্বা = শক্তিনা ব্রজ গোপী ওইরহুনা ইবেমাসীং অহুনা ইবুঙোগী মাখোইনা চাম্নবীনী নিংহুনা প্রেম সেবা তৌরি। অহুগুম্বা প্রেম সেবাবু মাহাকস্নু ফংজগে নিংলিবা মী অহুবু সাধক কৌই, অহুগুম্বা সাধক অহুনা মাগী পোক্লপদগী ওইরকলিবা মশক অহুনা মপান্দা ইবুঙোগী সেবা মন্দির সেবা, আর্তি, দর্শন, পরিক্রমা, নাচিংবা তৌহুনা মীনাইনা মপুগীদমক রাইসিৎপানা চিংবা থবক পুম্নামক তৌবাগুম্না ইবুঙোগী পেন্নবাগীদমকনি, হাঙ্গনা সেবা, থৌগন তৌগনি, অহুগী সাধক অহুগী পুকনিংনা মানা পামলিবা ভাব অহুগী মতুংইনবা মশক, মাহুমক্তি শ্রীগুরুনা নংগী মহুংদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌনবা মশকতি মাসিনি, নমিংনা অহু কৌই, নংনা সেবা তৌগদবা সেবা অসিনি অস্নুম্না পীরকপা অহুগী মতুংইনবা সেবাবু মহুংদা পুকনিংনা মতম পুম্নামক্তা ইবুঙোবু পুকনিংনা সেবা তৌগনি। মাসিগী অসম্বা ভাবতি, পুকনিংনা মতমপুম্বদা শ্রীগুরুগী সিদ্ধরূপাকী মতুংইন্দুনা ঐনা শ্রীগুরুদেবনা পীবা ঐগী ঈশক অহু ওইহুনা হুমিং চুপ্পা ইথা থাকোক্তনা শ্রীগুরুগী তুংইন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌহুনা লৈগনি। মাহুদা ঐনা ব্রজধামদা ইবুঙোগী প্রেম সেবা তৌবাবু পাম্নগা শ্রীগুরুনা পীনবিবা গোপনিঙোনগী মশক লৌহুনা শ্রীগুরুগী নাক্তা লৈহুনা শ্রীগুরুরূপাসখীগী মাথং মতুংইম্না শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম সেবাবু তৌগনি, মাহুবু মধুর প্রেমভক্তিগী ভাব ভজন পদ্ধতি কৌই।

## বহিঃ ( মপান ) পূজা ।

শ্রীভাগবত একাদশ স্কন্ধদা শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবকা ওাংনবদা হায়ী—

"সূর্য্যোঽগ্নির্ব্রাহ্মণা গাবো বৈষ্ণবঃ খংমরুজ্জলং। ভূরাত্মা সর্ব্বভূতানি ভদ্র পূজা পদানিমে ॥"— হে উদ্ধব। নুমিৎ, মৈ, ব্রাহ্মণ, যণ, বৈষ্ণব, অতিং-য়া, নুংশিৎ, ঈশিং, লৈপাক, অমসু অচৎপা চৎতবা পোৎ পুম্নামক মা-খোই তরা অসি ঐবু পূজা তৌকম অথোইবা ওাক্তনি। মাসি তাক্লগা তরা অসিদা তৌগদবা পূজা মতৌবু তাকই, মাহুদি.— নুমিৎতা লৈবা ঐবু বেদ বিদ্যানা, মৈদানা ঘীনাচিংবা হব্যনা, ব্রাহ্মণ (বেদ হৈবা মী)দা অতিথি ওইনা, যণদানা মশা নানবা সজিক পীজবনা, বৈষ্ণবতানা ঐগী বন্ধুনি নিংহনা কুমা তৌহনা, থমোই মমুং অতিয়া অহাংবদা ঐগী ইশকপু লৈ হায়না চেৎনা নিংহনা নুংসিৎতনা ঐখোই মীওইবাগী খোঙ্গদোংগীনা নাত্তোন, নাত্তোনদগী খোঙ্গ ফাউবা মপানদা ফোংনা হঙ্গৎ হন্দা হোন্‌লিবা অসিগী মশকনি, নিংহনা, ঈসিংদানা ঈসিংনা চিংবা পোৎশমনা, শেংদোক্লবা লৈপাক মথক্তা রহস্য মন্ত্রবু হাপতুনা, মাঙোপানা মাগী অমম্ভবু ভোগ পীহনা অমসু লেংই, পান্নিবা অচৎপা চৎতবা পুম্নামক্তা লৈবা ক্ষেত্রজ্ঞআত্মাবু পুম্নামক্তা চপমাননা লৈবাবু নিং হনা ঐবু পূজা তৌগনি। হাঙ্গখ্রবা মথন তরা নুমিৎনা চিংবাদা ঐগী পাম্নোম মরি পানরা ইশক অহুনি হাঙ্গনা নিংহনা মাহুবু পুকনিংনা সং সংনা উনা উনা পোৎহনগদবনি, মাসিনা তাইবং অওানবা মপান অসিদা তৌগদবা পূজাগী মথম তরানি।

মাসিমাসু শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা তাকই,— শৈলী দারুময়ী লৌহী-লেপ্যা লেখ্যা চ সৈ কতা। মনোময়ী মণিময়ী প্রতিমাষ্টবিধামতা ॥"

হে উদ্ধব। ঐগী ঈশক অসিবু নুঙনাচিংবা চীঙগী থোকপনা সাবা, উনা শাবা, সনানা চিংবা ধাতুমা শাবা, লৈপাক নত্রগা চন্দননাচিংবনা সাবা, একপা, লৈঙোইনা সাবা, পুক্লিংনা সাবা অমস্থু মণিনা ওইবা অসুম্বা মথন নিপান থোকই। "চলা চলেতি দ্বিবিধা জীব মন্দিরং"— শ্রীমূর্তি অহুনা ভগবান্‌গী লৈনবা মন্দির ওই, অহুগুম্বা মন্দির অহু মথন অনি থোকই, মাহুদি,— চল প্রতিষ্ঠা অমস্থু অচল প্রতিষ্ঠা অসি নি। "উদ্বাসাবাহনে নস্তঃ স্থিরায়ামুদ্ধর্চবানে। অস্থিরায়াং বিকল্পঃ স্যাৎ স্থণ্ডিলেতু ভবেদ্ দ্বয়ং। স্নপনং ত্ববিলেপ্যায়ামন্যত্র পরি মার্জ্জনং।"— স্থির প্রতিষ্ঠা— লেংদনা লিংখৎলবাদা মুতিগী আবাহন (কৌবা) বিসর্জ্জন (পূজা লোইরহুনা মফমদা হনবিখরো তাকপা) অনিমক তৌরোই। অস্থিরা প্রতিষ্ঠাদা বিকল্প (অমদা তৌবা অমদনা তৌদবা) ওই, মাহুদি,— শালগ্রামনা চিংবদা আবাহন অমস্থু বিসর্জ্জন তৌরোই। অহুগা লৈঙোইনাচিংবনা শেম্বাদদি আবাহন অমস্থু বিসর্জ্জন তৌগনি। লৈপাক নাচিংবনা সেম্বা অএকপা অসিনা চিংবদদি অমোংপা শেংদোকপনা লোইরে। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা তাকপাবু হাঈরগা মাসিগী তাৎপর্য তাকই, মাহুদি,— গোপাল মন্ত্রোদ্দিষ্টত্বাৎ তচ্ছ্রীমুর্তি রপেক্ষিতা।" — মাসিগুম্বা শ্রীমুর্তিবু সাও, একউ, তৈয়ু দি অককনবা শ্রীমূর্ত্তি মশক শ্রীভাগবততা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীদে, মাহুবু তাক্তবগী মরমদি, অষ্টাদশাক্ষর মহামন্ত্রনা হাঈবা শ্রীগোপালগী শ্রীমূর্তিবু লিংখৎলু হাঈবনি অসুম্না খংনগনি। মরমদি শ্রীমূর্তি অহুবু মন্ত্রনা হাঈবনা মন্ত্র অহুনা উপাসানা তৌগদবনিনা, অসুম্না তাকই, লাম্পদদি শ্রীগোপাল মূর্তির লাংকনি। শ্রীভাগবতনা একাদশ স্কন্ধদা তাকথরে, কলিদদি আগম্না

লুচিংবা ওইনা শ্রীভগবানবু লাংকনি, অস্নুম্না ভাকথরে। মাহুনা খং-হনলি। শ্রুতিনা তাকপা পট্টমহিষীরুক্মিণীনা চিংবা ইবেমা ৮গা লোইশ বা শ্রীমুর্তি মত্তনা গোপীগা লোইনবা নন্দনন্দনগী শ্রীমুর্তিবু লাংকনি, অস্নুম্না শ্রীভাগবতনা হাঈ। অতুনাদি প্রতিষ্ঠিত শ্রীমুর্তি পূজাদদি শ্রীরাধা কৃষ্ণগী শ্রীযুগল মূর্তিবু পরকীয়া কান্তা ভাব ওইনা লিংখৎলোই স্বকীয়া কান্তা ভাব ওইনা লাংকনি। তৌইগুমস্নু অতুম্নাদি ওইরগা নৈবেদ্য (লুক) কৎপা মতমদদি শ্রীবলদেবজী শ্রীনন্দ মহারাজ য়াওবনা অনি অতুগী মাংদা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলবা শ্রীকৃষ্ণনা সংসংনা হাখ্রবা মহাপ্রসাদবু ইবেমাতদা ফোংনা কৎপা শ্রীমন্মমহাপ্রভু পাদানু গত ওইবা বৈষ্ণব সম্প্রদায়না তৌনদে। মাতুগী মরমদা লুক কৎপাগী মতাংদা শ্রীসনাতন গোস্বামীগী ব্যাখ্যাদগী খংনগনি।

মতাং অসিদা বৈষ্ণবসীংগী লুগাইনবাগীদমক শ্রীমূর্তিগী ভেদ অমস্নু শালগ্রামগী ভেদনা চিংবদি লৌখৎতরে। অতুম্নদি ওইরগা শ্রীমূর্তি মখল অনিমা লৈরি, মাতুদ্রি বৈষ্ণবনা খংগদবনি, মাতুবু পাদ্মোত্তর খণ্ডদা হাঈ,— স্বয়ংব্যক্ত ( মথন্তা ফোংদোকচবা ) অমস্নু স্থাপন মূর্তি ( হৌনবীগী মতুংইন্না মন্ত্রনা প্রতিষ্ঠা তৌবা ) অমা মখল অনিনি। স্বয়ংব্যক্তদি শ্রীরঙ্গ শায়ীনা চিংবনি। মাতুদি কংদবনিনা আগম নিগমগী বাএন্না প্রতিষ্ঠা তৌবা শ্রীমূর্তিবু লাংকনি। বৈষ্ণবা চার্যসীংনা তাকপা প্রতিষ্ঠিত শ্রীমূর্তি দাস্নু মখল অনিমা থোকই,—মাতুদি চুম্নাগী শ্রীমূর্তি অমা, মখল অমনা অচংবা (জীবন্ত) শ্রীমূর্তি অস্নুম্না অনি থোকই, মাতুদি বজ্রনাভনা লিংখৎপা শ্রীগোবিন্দ, গোপীনাথ, মদন মোহন ঠাকুর অহুম, পুরীক্ষেত্রগী শ্রীজগনাথবল ভদ্র সুভদ্রা বঙ্গেদা মাধব বাগকী শ্রীলক্ষ্মীনারায়ণ শ্রীবিগ্রহ। মণিপুরগী শ্রীগোবিন্দ লাচিংবনি। হাঈপ্রবা শ্রীমুর্তিসীং অসি ভক্তসীংনা লিংখৎপা ( প্রতিষ্ঠা তৌবা ) গুকনি, অতুবু চুম্নাগী শ্রীমুর্তি অভৈগা মান্নদে। শ্রীমূর্তিসীং অসিবু

দর্শন ভৌরগা দর্শককী পুকনিংদা অচংবা ( অহিংবা ) গুম্বা ভাব অমা পোক্‌কই। মাসি থোক্লবা মরম অপুবা বৈষ্ণবাচার্যসীংনা তাকই, অতাকপা অমু তৌবাসু মী ওইবনা ঙমকবনি। অদুমত্তদা ভক্ত অদুগী ভক্তিগী চরৈনা পুন্দরবদি অদুগুম্বা শ্রীমূর্তি অদুনা কৈদৌঙুংদাসু ওইবা তৌনদে।

## চাইথাবা ( স্নানং )।

অহানবদা খুং লোন্নাদুনা ইবুঙোদা চাইথাবিদুনা চাইথাকম্মু লৈতেংবিয়্ ইবুঙো, অস্মুন্না হাঙ্গবগনি। অদুগা খুকম্মু স্নানাংদা থাংজিনদুনা "ইবুঙো খুরুম কচ্চরি" হঙ্গৎকনি। অদুদগী মহাবিষ্ণু শ্রীপুক্তনাচিংবা ঠিদুনা পুংয়ৈ ঈশৈ শঙ্খনা চাইথানবা পাত্র মনাক্তা লেংথাগনি। পাদ্য ( চরণ সেংনবা ঈসিং ) আচমনীয় ( আচমন তৌনবা ঈসিং ) কৎলগা ধেনুমুদ্রা সাবগা লুকথাগনি। অদুগী তুংদা শালগ্রামবু পাত্রদা লেংসিনগনি। মাদুদা মাগী পামজবা শ্রীমূর্তিবু ওইরবাসু চাইথানবা পাত্রদা লেংসিনগনি। স্নান পাত্রদি কোরিগী পাত্রবা ওইগনি।

"ততঃ শঙ্খেনাভিষেকং কুর্যাদ্ ঘণ্টাদিনিংস্বনৈঃ।
মূলেনাষ্টাক্ষরেণাপি ধূপয়ন্নন্তরান্তরা॥"

অদুগী মতুংদা শঙ্খদা অশেংবা ঈসিং হাপতুনা খুৎ ওইনা শরিক খিংদুনা পুঙ ঈশৈ যন্ত্রগী খোঙ্গেনগা লোইননা মূল মন্ত্রনা অষ্টাক্ষরমন্ত্রনা ওইরবাসু চাইথাগনি, মাদুদা ধূপনা মরক মরক্তা শ্রীঅঙ্গদা মনম নমহনদুনা চাংথগনি। অহানবদা ঈসিং অরুবনা মনম হুংসিবনা চাইথারগা মনম হুংসিন থাওনা চিংবনা শ্রীঅঙ্গদা তৈতগনি।

পঞ্চামৃতনা স্নান তৌবদি পুন্না তিনসিনলগা তৌবা য়াদে; ঙবোম্ অনৌবা, অকম্বা, ঘী, খোহি অমসু চিনী অকেংবা মঙা অসি তোপনা ২ শঙ্খদা হাপতুনা তোপনা ২ স্নান তৌগনি। পঞ্চামৃতাদ্যৈঃ স্নপনসদানেন্দ্রস্তুতং প্রিয়াঃ। কিন্তৈতঃ কালদেশাদিবিশেষেকারয়ন্তিতৎ॥"— ভক্তনা

পঞ্চামৃতনা ঠাকুরবু চাইথাহনবা মুত্তিগী তৌবা পামদে, তৌইগুমম্নু মকম অমদা মতম অমদাদি তৌই। মনম মুংসিবানা শ্রীঅঙ্গদা থৌগল তৌরগা থাওনাচিংবা শ্রীঅঙ্গদা তৈথিরম্নু কোরুবাগী দমক মতিক চাবা পোংনা তৈথোক্কনি। অহুগী তুংদা চরোং মরানা চিংবনা সাবা কূর্চ্চ (বুরুঞ্জ) কংকনি। অহুগী তুংদা কাপক ২ সাবা ঈসিং থনগন্নি। মথং দা মনম মুংসিবা অইংবা ঈশিংনা থৌগল তৌগনি। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীভাগ বততা হাঙ্গী, "চন্দনোষীরকর্পূর কুঙ্কুমাগুরুবাসিতৈঃ। সলিলৈঃ স্নাপয়েন্ মন্ত্রীনিত্যদা বিভবেসতি॥"— হে উদ্ধব। মী অহুনা নৈঙ্গরবদি ঐবু মুতি গী জাচন্দন, চরোং অঙৌবা মরাগী অচুম, কর্পূর, কুকম, আগুরু মা-খোই অসিনা মনম মুংসিরবা ঈসিং ময়াম্না ইরুবিগদবনি। অসুমনা শ্রীমুখ মকনা হাঙ্গীবাগী মতুং ইন্না ওমঙ্গবা মনম মুংসিবাসীং অহুনা চাইথাগদবনি।

মাসুন্না চাইথাবা লোইরগা স্নান মুদ্রা সাহুনা কংকনি, অকুপ্পা অমোনবা ফীনা শ্রীঅঙ্গবু তৈথোক্কনি। অহুগা থোক্লবা ইন্নাবা ফী অনিবু ফিকংপাগী মুদ্রা সাহুনা কংকনি। মৎস্যপুরাণদা "তত্তদ্দেশীয় ভূষাঢ্যাং তত্তন্মূর্তিঞ্চ কারয়েৎ॥"— লমলম অহুগী ভূষণনা মূর্তিবু লৈতেংহনগনি হাঙ্গী অহুনা, মধ্যদেশগী লৈতেং ফিজেৎনা শ্রীমূর্তিবু লৈতেংগনি, অ-সুমনা শ্রীহরি ভক্তি বিলাসনা হাঙ্গী। অহুগী মতুংদা মথন মখেন নাইনা ফী ময়াম, ফুরিংনাচিংবনা ইবুঙোবু লৈতেংগনি। মাসিদা "ভোগানন্তর-মেবেত্তি বহুনাংসন্মতংমতং"— ইবুঙোগী লৈতেং থোনবাবু লুক কং-লবা তুংদা থোনগনি, অসুমনা বৈষ্ণবাচার্যসীং অয়ামবনা হাঙ্গী,— থরানদি লুক কংতরিঙৈদোম্নু মতৌদে হায়বাম্নু শ্রীমন্মহাপ্রভুগী পান্দা

সীংনাদি লুক কৎনবা ভুংদা সিংহার তৌবা মতপু লৌই। ইবুঙো-দা কৎপায়াদবা ফিদি অমুবা ( নীল ) অঙাংবা ( রক্ত ) জীর্ণ ( বর্ বর্ মাওরবা ) অতোপ্পা অমমা সিজন্নারবা ফিবু দেব দেব শ্রীকৃষ্ণদা কৎ-পা য়াদে। বিষ্ণুধর্মোত্তরনা হায়ি শানতু অবস্র পট্ট বস্ত্রাদি অমুবা ( নীল ) অঙাংবা ( রাগ ) স্ব দোষ লৈতে হায়ি, ভবিষ্য পুরাণদা হায়ি "বিকে-শৈঃ— সামতুনা চিংবনা সাবদা শম য়াওবা কৎপা য়াদে। মাতুগী মতুংদা নোঙুন থোনলগা নোঙুনগী মুদ্রা সাতুনা কৎকনি। মাতুগী মথংদা পাত্ত ( শ্রীচরণ শেংনবা ঈশিং ) কৎলগা ইবুঙো লাইপকতা উর্দ্ধ পুণ্ড্র ( সিঙ্গি অয়ুংবা ) তিলক থোমগনি। অতুগা আচমন সীদমক ঈশিং কৎকনি। অতুগা ফজবা আভরণ পুরামক মুদ্রা সাতুনা উৎলগা কৎকনি। য়াসিদা শ্রীসনাতন গোস্বামীনা হায়ি, ভূষণ নরাম কৎলা নৈমরাম কৎপাদি লুকৎ-তরিতৌদা তৌবা য়াদে, লুকৌ মাংদা ইবুঙোনা চাইথারুবগী লুকহাবদা মুঙাইনবা ভুষণ, অলঙ্কার, লৈ, চন্দন থরা থরাতা কৎলগা লুক হারবা তুংদা চাননা য়াম্না কৎতুনা সিংহার তৌগদবনি, অসুম্না তাকই।

মাসুম তৌতুনা কৎলবা তুংদা শঙ্খদা তুলসী মতোনগা চন্দনগা হাপলগা চন্দন কৎনবা মুদ্রা স তুনা কৎকনি। অতুগা লৈ কৎকনি।

## উপাঙ্গ পূজা।

মাসুম্না চন্দন লৈ কৎপা লোইরগা ইবুঙোগী উপাঙ্গবু শ্রীঅঙ্গদা পূজা তৌগনি। মাতুদি শ্রীমুখনা হাপজিবা বেনু, ওক্তগীনা থোজিবা বন মালাবু থবাক্তা লৈবা "শ্রীবস"বু অমসু ওইরোমদা থবাক্তা থোনবা কৌস্তুভ মণিবু পূজা তৌবাবু উপাঙ্গ পূজা কৌই। উপাঙ্গ সীং অসিগী মূল মন্ত্রনা পূজা তৌগনি মাতুদি,—"শ্রীমুখায়েন-বেণবে নমঃ, মাসুম্না শ্রীবন মালায়ৈনমঃ, শ্রীবৎ-সায় নমঃ, শ্রীকৌস্তভায়নমঃ" অসিনি। অতুগগী লৈ খুজোক অহুম কৎলগা আবরণ পূজা তৌগনি।

## আবরণ পূজা।

১। অহানবা আবরণদা — ইবুঙোনা লেপলিবাগী থম্বান মনা মরিদা মাইকৈ মরিদা ইবুঙোগী সখা ৪ বাসুদাম, সুদাম, দাম অমসু কিঙ্কিনী

২। অনিসুবদা মৈরমদগীনা হৌদুনা লৈরিক্তা শ্রীঅঙ্গ দেবতা হৃদয় শির,স্ শিখা অমসু নেত্রবু পূজা তৌগনি।

৩। অহুম সুবদা মপানদা থম্বান মনা ৮দা ১ রুক্মিণী মহারানী, ২ সত্যভামা, ৩ নাগ্নিজিতী, ৪ সুনন্দা, ৫ মিত্রবৃন্দা ৬ সুলক্ষণা, ৭ জাম্ববতী অমসু ৮ সুশীলাবু পূজা তৌগনি।

৪। মরিসুবদা নোংপোক্তগীনা মনা ৮দা, ১ বাসুদেব ২ দেবকী, ৩ শ্রীনন্দ, ৪ শ্রীযশোদা, ৫ বলভদ্র, ৬ সুভদ্রা, অমসু ৭ গোপ ময়াম, মাদুদগী ইকাইদুনা লাপতকতৌনা ব্রজ ৮ গোপী ময়াম লৈ, মাদুবু পূজা তৌগনি।

৫। মঙাসুবদা মপান থংবদা থম্বান মনা মরিদা ১ সন্তান. ২ পারিজাত, ৩ কল্পদ্রুম অমসু হরি চন্দন লাইগী উ মরিবু পূজা তৌগনি। ইবুঙোনা নেৎলিবা থম্বান ময়াইদা ইবুঙোগী তুংদা মন্দার পাম্বীবু পূজা তৌগনি।

৬। তরুকসুবদা মপান থংবদা থম্বান মনা নিপান্দ ইন্দ্র, অগ্নি, যম নিঋতি, বরুণ, বায়ু, কুবের অমসু রুদ্র দিক্‌পাল নিপানবু পূজা তৌগনি নিঋতিনে বরুণনে অসিগী মরক্তা অনন্তবু, রুদ্রগা ইন্দ্রগাগী মরক্তা ব্রহ্মাবু পূজা তৌগনি।

৭। তরেৎসুবদা মপানদা মাইকৈ ৮দা ভগবৎ পার্ষদ ময়াম,— বজ্র, শক্তি, দণ্ড, খড়্গ, পাশ, অঙ্কুশ, গদা অমসু ত্রিশূলবু পূজা তৌগনি। অদুগী মথাদা চক্র মথক্তা থম্বানবু পূজা তৌগনি।

(হাঔরিবা অসি শাস্ত্রগী মতুং ইনবনি। ঐখোইগী নত্তে)

হাঙ্গৈখ্রবা আবরণ তরেৎ অসিবু মুতিগী পূজা তৌগদবনি, মাথুন্না তৌরগা অফবা নুঙাইবা পুন্নামক ফংই, ভমত্রবদা অহানবাগী মরোম অহুম অহুগী মখৈদি তৌদবা য়াদে, অমুন্না শাস্ত্রনা হাঙ্গৈ। অহুনা শাস্ত্রনা হাঙ্গৈবাদি তৌদবা য়াদে। অহুমাদি ওইরগা হাঙ্গৈখরিবা আবরণ পূজা অসিদি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী পাদানুগত ওইবা ঐখোগী সম্প্রদায়নাদি অসিবু তৌরোই, অমুন্না হরি ভক্তি বিলাসনা হাঙ্গৈ। মাথুগী মরমদা গোপাল ভট পাদনা হাঙ্গৈ,—"ঈদৃক্ চৈকান্তিভির্জ্ঞেয়ং ভক্তৈরবতাং মতং। অন্যথা গোকুলে কৃষ্ণ দেবে তত্ত্ব দসম্ভবাৎ॥"— ঐকান্তিক ভক্তসীংনা আবরণ তরেৎপু পূজা তৌবা অসিদা অসি অসিগুম্বাবু পূজা তৌবা অসিদি মহৈ পাম্বাসীংগী মতনি হাঙ্গৈনা খংনগনি। গোকুল শ্রীবৃন্দাবনদদি আবরণদা পূজা তৌখিবা পট্ট মহিষী রুক্মিণী, সত্যভামানা চিংবী ইবেমাসীংদি লৈতবনিনা লৈতবাবু পূজা তৌবাবু শাস্ত্রনা হাঙ্গৈবা অহুদি মহৈ পাম্বাসীংনা মাগী মাগী মহৈবু ফংনবাগী দমক ইবেমাসীংবু পূজা তৌবনি। একান্তিক ভক্তনা শ্রীবৃন্দাবন বিহারীবু লাৎনৈ, অহুনা ব্রজদা লৈবী গোপীমাচিংবী আবরণতবু পূজা তৌগনি। শাস্ত্রনা ইবুঙোগী নিত্য সেবা তৌবদা আবরণ পূজা তৌ হাঙ্গৈহুনা তাকই, শাস্ত্রগী ব্রাএন থাদোকপা য়াদে, আবরণ পূজা তৌগনি। আবরণদি মথন য়াম্বানিনা ব্রজবু ভজন তৌবনা ব্রজদা লৈবা আবরণবু তৌগনি। তৌইগুমম্বু আবরণ তৌবা শাস্ত্রনা হাঙ্গৈদে, তৌদবা আবরণম্বু মসক পান্দুনা তাকই। অতাকপা আবরণবু ঐখোইনা হনদোকপা চুমদে অমুন্না চিংনবা য়াদে। শ্রীভাগবতনা তাকই, মাথুদি— অপাম্বা শ্রীমূর্তিগী আবরণনাচিংবা তোঙান ২না লৈ হাঙ্গৈ।

তান্যেব তেঽভিরূপাণি রূপাণি ভগবংস্তব।
যানি যানি চ রোচন্তে স্বজনানাং মরূপিণঃ ॥

— হে ভগবন্ নহাক্কীদি মাসিনা নংগী নশকনি, হাঙৈবা অরেপ্পা (হোংদবা — অককনবা) শক লৈতে, অদুবু নহাক্কী একান্তি ভক্তসীংনা ভক্তি তৌনবাগী দমক মানা মানা পাম্বা নশকপু নংনা নশক ওইনৈ। অমুম্না শ্রীভাগবতনা তাকপা মরম্না গোপাল ভট্ট গোস্বামীনা একান্তি ভক্তসীংগী আবরণ পূজাগী মশকপু হরি ভক্তি বিলাসদা হাঙৈ মাহুদি—

একান্তিভিস্তরাধান্তা যথা ধ্যানং প্রভোঃ প্রিয়াঃ।
প্রথমাবরণপূজ্যাঃ কালে কৃষ্ণান্তিকং গতাঃ ॥
ততো গোপকুমারাশ্চতদ্বয়স্যা স্ততোবহিঃ।
নন্দো যশোদারোহিণ্যোগোপ্যশ্চতৎসমাঃ ॥
ততশ্চবৎসা গাবশ্চবৃষারণ্য মৃগা দয়ঃ।
ততো ব্রহ্মাদয়ো দেবাঃ প্রাপ্তানীরাজনোৎসবে ॥
রামঃ কদাচিৎ কৃষ্ণস্য কদাচিন্মাতুরন্তিকে।
শ্রীনারদশ্চ পরিতো ভ্রমন্ হর্ষ ভরাকুলঃ।
এবং যদ্ধ্যান পূজাদা বেকান্তি ভ্যঃ প্ররোচতে ॥
কৃষ্ণায় রোচতেঽত্যন্তং তদেবচ সতাং মতং ॥

—একান্তি ভক্তসীংনা ইবুঙোগী চান থোইবী শ্রীমতী রাধানাচিংবী ইবে-মা সীং মাখোই অদুমক্তি — শ্রুতিসীংনা ধ্যান তৌবদা উবী মতম মতমদা ইবুঙোগী নাক্তা চংলকপী সীংবু শ্রী৺কৃষ্ণগী অহানবা আবরণদা পূজা তৌ-গনি। অনিসুবা আবরণদা গোপ সখাসীংবু অতুগী মথংদা আহুম সুবদা নন্দ, যশোদা, রোহিণী মথংদা মরিসুবদা গোপ অমসু গোপী মাখোই অদু-

জি নন্দ যশোদাগী মায়াবা ওইবা বাৎসল্য ভাব ভৌবা সীংবু পূজা তৌগনি। মথংদা মণ্ডাস্থবদা মণ অমস্ থনগী সা, কৃষ্ণসারনাচিংবা, ঈরোই হায়েং-ন্যাচংবা। মথংদা তরুকস্থবদা ব্রহ্মানাচিংবা দেবগণ পূজা তৌগনি, মা-খোই অহুমক্তি আরতি কৎপা মতমদা মাহুদা চংলকদবনি। শ্রীবলরামজীবা শ্রীকৃষ্ণগী ন্যাক্তা অমোক যশোদা রোহিণীগী নাক্তা অমোক নৈ। হয়েং স্থবদা শ্রীনারদবু পূজা তৌগনি শ্রীনারদনা শ্রীকৃষ্ণগী তয়েংস্থবা মপানদা কোইনা মাইকৈ নিপাল মক্তা চংলি, কোঈহুনা প্রভুগী প্রেমগী মুঙাইবা মক্তনা ঙাওরহুনা নৈ। মাস্থম তৌনা ধ্যান অমস্ পূজানাচিংবা তৌবাবু একান্তিভক্তসীংনা পামই। মনাই ভক্তনা পাম্বা অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না পাম্বা পেনবা ওই মাসিনা সাধু সজ্জনগী মতনি।

## নাম নিপান পূজা।

মাহুগী মথংদা নাম নিপানবু পূজা তৌগনি, ওঁকৃষ্ণায়নমঃ ওঁবাসুদেবা-য় নমঃ, ওঁনারায়ণায়নমঃ ওঁদেবকী নন্দনায় নমঃ, ওঁযদুশ্রেষ্ঠায়নমঃ, ওঁবা-র্ষ্ণেয়ায়নমঃ, ওঁ চাহুরা ক্রান্তভারহারিণেনমঃ ওঁ ধর্ম্ম সংস্থাপকায়নমঃ। নাম নিপান অসিবু হাঈহুনা শ্রীকৃষ্ণ মূর্তিদা নৈ খুজোকনা পূজা তৌগনি। মাসিনা আবরণপূজা লোইরবাদা তৌগদবনি।

ধূপ কৎপা— ধূপ থারগা নৈপাক্তা পাত্রদা থমগনি। ধূপকীমুত্রা সাহুনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা খুৎ ওইনা সরিক খিংহুনা এৎনা ধূপ পাইর গা শ্রীকৃষ্ণগী নাম মালাবু শোন্দুনা শ্রীঅঙ্গ পুম্বাবু মনম মুংসিহনগনি। জয় জয় হাঈনা মঙ্গল শব্দ লাওহুনা শঙ্খনি।

দীপ কৎপা— ঙমলগা থীনা নত্রগা কর্পূরনা ওইরবাস্ থাওমৈবু কৎকনি, ঘী অহুস্ মণগী থীনা ঙমলবদি কৎকনি, ঙমদ্রগা মমম মুংশিবানা থাওনা ওইরবাস্ কৎকনি হাঈবদি থাওমৈগী মঙাম্না শ্রীঅঙ্গ পুম্বাবু ঙান-

ফলশানি. ধূপ কৎপাগুম্না লৈপাক্তা নৈবিদ্যগুদা পূজা তৌরগা আরতি তৌবা গুম্না পূৎলীনা লহিক থিংলুনা এৎনা থাইদুনা শ্রীঅঙ্গপুকাবু থাওমৈ অহুনা শ্রীচরণদগীনা শ্রীমূর্তিগী মীৎ ফাওবা পুৎনহনগনি, মন্ত্র, ঈশৈনা থোগন তৌ-গনি শ্রীগোপাল ভট্টনা হায়,— থাওমৈ অসিদি মাসিদা আরতি ওইবা কৎথাবু বৈষ্ণব কনাগুম্বানীংনা থামই। আরতিদি অক মশানি, মাদুদি— ১ থাওমৈ = বর্তি তুনা থোক্কনী মখিং ওইবা পরেংবা চরণদা মরিরক, থোই দা অসিরক, মুখদা অহুমরক, অঙ্গ পুম্বাদা তরেংরক হাইগনি। ২ শঙ্খদা ঈশিং হাপতুনা ওদা কীনা ওদা তুলসী পত্রনা (মাসিদা চামরনা চিংবানসু শৌগন তৌগনি) ওদা দণ্ডবৎ প্রনাম তৌগনি। শঙ্খনা ( লৈত্রগা কুণীনা চিংবদা ঈসিং হাপতুনা) অমোক অমোক হাইবদা লৈপাক্তা ঈসিং থাদগনি।

## অথ নৈবেদ্যার্প ।বিধিঃ ।

অসিগী মতুংদা নৈবেদ্য কৎপা হাইবদি শ্রীশ্রীকৃষ্ণদা লুক কৎপগী তৌবগী থাএন হাইগে। মাসি শ্রীগোপালভট্টগোস্বামিপাদনা হরিভক্তি-বিলাসদা ইরম্বু শ্রীসনাতনগোস্বামিপাদনা তৌবা ব্যাখ্যাগী মতুংইন্না ব্যা-খ্যা তৌদুনা ইরি। মরমদি মাসুম্না কৎপা নত্রবদি মহাপ্রসাদী নত্তে অমুম্না শ্রীসনাতন গোস্বামিপাদনা হরিভক্তি বিলাসগী ব্যাখ্যাদা ইরমই। অমসু লুক কৎপদা সম্প্রদায় অতৈগা গৌড়ীয় বৈষ্ণবকা মান্নদবা মরমসু গোস্বামিপাদনা তাকপা অহু প্রমাণ বচনগা লোইননা উৎলি।

অস্ত্রং জপ্ত্বাম্বুনা প্রোক্ষ্য নিবেদ্যং চক্রমুদ্রয়া।
সংরক্ষ্য প্রোক্ষয়েদ্বায়ুবীজজপ্তজলেন চ॥
তেন সংশোধ্য তদ্দোষমগ্নিবীজঞ্চ দক্ষিণে।
ধ্যাত্বা করতলেঽন্যং তৎপৃষ্ঠে সংযোজ্য দর্শয়েৎ।
তদুত্থবহ্নিনা তস্য শুষ্কদোষং হৃদা হরেৎ॥

"অস্ত্রায়ফট্" মন্ত্র অসি সোন্দুনা লুকপু ঈশিংনা থিক্তোকনি। চক্র মুদ্রানা লুকপু মথকা কোইনা হাইদুনা রক্ষা তৌগনি। "যং" হাইবা থাবু

গী বীজবু ১৮লক শোন্দুনা ঈসিংনা লুকপু শিজোর্কনি। মাতুম্মা ইসিংনা লুক অতুদা লৈখিবা ফত্তবা দোষ পুন্নামকপু শেংদোক্নগা "যং" হাঙবা বহ্নি বীজ অসিবু এংথংবা খুবাক মরাইদা লৈয়ে হাঙদা নিংলগা খুৎ এংকী খুৎনম মতোন্দা খুৎওইবু নপসিনগনি, লুক অতুদা উৎকনি। খুবাকমরাইদা লৈবা "রং" বহ্নিবীজদগী, থোকখিবা মৈনা শ্রীভগবান্‌দা কৎকদবা পোৎ লুক অতুদা লৈবা হান্নবা কংলবা দোষবু চামথোকপবু ভাবনা নিংগনি।

ততঃ করতলে সব্যেঽমৃতবীজং বিচিন্তয়েৎ।
তৎপৃষ্ঠে দক্ষিণং পাণিতলং সংযোজ্য দর্শয়েৎ।
তত্রথয়ানিবেষ্ঠং তৎ সিঞ্চেদমৃতধারয়া ॥

অতুগী তুংদা ওইগী খুবাক্তা "ঠং" অমৃতবীজবু লৈরে নিংগনি, ওইগী খুৎনমদা এংথংবা খুৎনপলগা লুক্তা উৎকনি, অমৃতবীজদগী অমৃতগী থান্না কৎনবা লুক্তা চেনসিন্দুনা চোৎলে নিংগনি ( অতুগা খুবাক অছুমলক থুগনি, লুক্কী মাইকৈ অকোইবদা খুৎকাপ্পি কাপতুনা দিগ বন্ধন তৌতুনা ঙাক্কনি, অতুগা "কবচায়হু" হাঙতুনা খুৎপীগা খুৎনিংথৌগা নপনরবা খুৎ এং ওই অনিনা নপনাতুনা ওন্নরগা কুপকনি মাসি সম্প্রদায়গী অর্থনি)।

জলেন মূলজপ্তেন প্রোক্ষ্য তচ্চামৃতাত্মকং। সর্ব্বং বিচিন্ত্যসংস্পৃশ্য মূলং বারাষ্টকং জপেৎ ॥

অমৃতীকৃত্য তদ্ধেনুমুদ্রয়া সলিলাদিভিঃ।
তচ্চকৃষ্ণঞ্চ সংপুজ্য গৃহীত্বা কুসুমাঞ্জলীং শ্রীকৃষ্ণং
প্রাগ্বত্তদঙ্গাত্তেজো ধ্যাত্বা বিনির্গতং।
সংযোজ্য নিবেষ্টেতৎ পাত্রং বামেন সংস্পৃশন্।
দক্ষিণেন পাণিমাদায় গন্ধপুষ্পান্বিতং জলং।
স্বাহান্ত মূলমুচ্চার্য্য তজ্জলং বিসৃজেদ্ভুবি ॥

মূলমন্ত্র শোনবা ঈসিংনা লুক্তা থিকনি, লুক পুন্নামকপু অমৃত ওাক্তনি নিংতুনা খুৎ এৎনা লুক্তা থমলগা মূল মন্ত্র নিপানলক শোনগনি। অতুগী তুংদা ধেনুমুদ্রা সাতুনা লুক্কী মথক্তা লুকথগনি, অতুগা লুকপু ঈসিংনা

অমসু নৈমচিংবদা "ওঁ নৈবেদ্যায় নমঃ" হাঈদুনা পূজা তৌগনি, অদুগা ঈশিং লৈনা শ্রীকৃষ্ণবুসু "ওঁ শ্রীকৃষ্ণায়নমঃ" হাঈনা পূজা তৌগনি।

অদুগী মতুংদা লৈ থুজোক অমা পাইরগা প্রার্থনা তৌরদুনা মাহৈ অসি শ্রীকৃষ্ণদা থাঈগনি, মাদুদি,— "ভগবন্ নৈবেদ্যগ্রহণায় শ্রীমুখতঃ তে মহঃ প্রসরতু— হে ভগবান্ নুক অসি লৌবিনবা ইবুঙোগী চিন্দগী নংগী মঙাল্না থোরকসনু" অসি হাঈদুনা লৈ অদু কৎকনি। প্রভুগী শ্রীমুখদগী মঙাল থোরক্তুনা নুক্তা ভিনলে অমুমা নিংগনি।

অদুগী মতুংদা খুৎ ওইনা নুকপু শোক্লদুনা খুৎএৎনা চন্দন লৈগা লোইনবা ঈসিং পাইরগা মুল মন্ত্রবু স্বাহানা লোম্লনা শোল্লগা "শ্রীকৃষ্ণায় ইদং নৈবেদ্যং কল্পয়ামি হাঈদুনা খুৎ মতোমলোবদা ঈশিং অদু—লৈপাক্তা লৈচন্দনগা লোইননা চৈহোক্লনি।

ভৎপাণিভ্যাং সমুথাপ্য নিবেদ্যংতুলশীযুতং। পত্রাঢ়্যং তন্মন্ত্রেণ ভক্ত্যা ভগবতেহর্পয়েৎ। নিবেদনমন্ত্রশ্চায়ং "নিবেদয়ামি ভবতে জুষাণেদং হবির্হরে ইতি।

নুকতা তুলশী পত্র হাপলগা খুৎ এৎ ওই অনিনা ( অদুমক ) থাজৎলগা ভক্তিতৌনা নুকৎনবা মন্ত্র শোন্দুনা তুলসী পত্রগা লোইননা নুক পু কৎক্লনি। নুক কৎনবা মন্ত্রদি অসিনি – "নিবেদয়ামি ভবতে জুষাণেদং হবির্হরে" হে হরি ইবুঙো নংগীদমক ঐনা কৎচরি, হবিঃ অসে নংনা হাবিযু অসিনি। (হবিঃ কৌবদি মন্ত্রনা শেংদোক্লগা মৈদা হোম তৌবা যাবা পোৎপু কৌই, মগোলহরাই গুম্বা নত্তবা, মরমদি শ্রুতিনা হাঈ, "অমেধ্যাহি মাষাঃ' অসিনাচিংবা)

অমৃতোপস্তরণমসিস্বাহেত্যুচ্চরয়ন্ হরেঃ।
দত্বাথ বিধিবদ্বারি গণ্ডূষং বামপাণিনা॥
দর্শয়েৎ গ্রাসমুদ্রাস্তু প্রফুল্লোৎপলসন্নিভাং।
প্রাণাদিমুদ্রাহস্তেন দক্ষিণেন তু দর্শয়েৎ।
মন্ত্রৈশ্চতুর্থীস্বাহান্তৈস্তারাদ্যৈস্তদাহ্বয়ৈঃ।

"ওঁ অমৃতোপস্তরণমসি স্বাহা" মন্ত্র অসি হাঙ্গৈদুনা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ শেংনবা ঈশিং খুজোক অমা কৎকনি অদুগা খুৎ ওইনা গ্রাসা-মুদ্রা ( চখোমসাবা মুদ্রাবু ) থম্বাল সাকাইবা মান্না উৎকনি। অদুগী মতুংদা এৎথংবা খুৎনা মুদ্রামঙাউৎতুনা মথং ২ প্রাণ, অপান, সমান, উদান, ব্যান, মঙা অসি চতুর্থীনা লোমনরগা ওঁনা মথক্তা হাপ্তুনা স্বাহানা লোমনদুনা সোনগনি। মাদুদি খুৎএৎনা খুৎনাউবী খুৎনিংথৌ অনিদা খুৎপীগী মতোননা শোকপা মন্ত্রনা ওঁ প্রণায় স্বাহা ২ খু-দোনবী খুৎয়াই অনিমক্তা খুৎপী মতোননা শোকপা ওঁ অপানায় স্বাহা, ৩ খুৎনিংথৌ খুৎয়াইদা খুৎপী মতোননা ওঁ সমানায় স্বহা, ৪ খুৎনিংথৌ খুদোনবী অনিমক্তা খুৎপীনা ওঁ উদানায় স্বাহা, ৫ খুৎ মতোন মরিমক্তা খুপীনা ওঁ ব্যানায় স্বাহা হাঙ্গৈদুনা মুদ্রা মঙা অসি খুৎএৎনা উৎকনি।

ততঃ স্পৃশংশ্চকরয়োরঙ্গুষ্ঠাভ্যামনামিকে। প্রদর্শয়েন্নিবেদ্যমুদ্রাং তস্য মন্তং জপন্। মন্ত্রশ্চায়ংক্রমদীপিকায়াং—

"নন্দজোম্বুমনুবিন্দুযুগ্নতিঃ পার্শ্বরামরুদাবাত্মনেনিচ।
রুদ্ধঙেযুতনিবেদ্যমাত্মভূর্যাংসপার্শ্ব মনিলস্তথাগ্নিযুগিতি ॥
নিবেদ্যস্ত মন্ত্রেন স্বাভীষ্টংমনুমেব চ। একাস্তিনোজপস্তস্তু
গ্রাসমুদ্রাংবিতন্বতে।

অদুগীতুংদা খুৎএৎ ওই অনিমক্তা খুৎপীনা খুৎনিংথৌদা শোকপা নিবেদ্যমুদ্রা ( লুককৎমুদ্রাবু ) লুককৎনবা মন্ত্র শোন্দুনা উৎ-কনি। মন্ত্রদি ক্রমদীপিকানা হাঙ্গৈ মাদুদি "চৌ নমঃ পরায় পরমাত্ম-নেঽনিরুদ্ধায় নিবেদ্যং কল্পয়ামি" অসিনি।

শ্রীগোপালভট্ট গোস্বামিনা মাসুম্না তন্ত্রনা হাঙ্গৈবা মন্ত্র অসি হাঙ্গৈ মবমদি শ্রীভাগবতনা "কলৌতন্ত্রবিধানেন" তন্ত্র শাস্ত্রগী বিধাননা কলিদা ভগবান্‌বু পুজা তৌগনি হাঙ্গৈবা মরম্না ক্রমদীপিকা তন্ত্রগী মন্ত্রনা শ্রীকৃষ্ণদা লুক কৎনবা তাকই, অতুগা শ্রীশ্রী৺কৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী পার্ষদ ওইবা পরমভাগবত মহানুভাবসিংগী মতপুসু অমোক ত কই, মাতুদি একান্তী ভক্তসিংনা মহাক্কী তভীষ্ট মন্ত্র শোন্দুনা থুং ওইনা প্রাস্‌মুত্রা সাতুনা কৎলি, অসুম্না হাঙ্গৈ, ( মাতুসু তন্ত্রগী বিধান থাদোক্তে মরমদি মহাক্কী অভীষ্টমন্ত্র অতু বেদগীমন্ত্রনত্তে, তন্ত্রগীমন্ত্রনি )। অমসু শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখারবিন্দদগী মঙানবু একান্তী ভক্তসিংনা তৌনদে, শ্রীগৌরাঙ্গ পাষদ সিংনা তৌবা ভজনসু তাকলি। মতুদি—

নধ্যায়ন্তি তে কৃষ্ণবক্ত্রাৎতেজোবিনির্গমং। মঞ্জুলব্যবহারেণভোজয়ন্তি হরিং মুদা।

একান্তী ভক্তসিংনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখদগী মঙান থোবক্তনা লুকমাংদা চংলে হাঙ্গৈনা ধ্যান তৌদে। ফজবা ব্যবহারনা ঐগী ইবুঙোনা লুকহারি এনশাংনাচিংবা নিংথিনা হাবি অসুমনা মাসি হবিবু, অসুম্বা ব্যবহার ফজনা তৌতুনা সুঙাইনা শ্রীকৃষ্ণবু হাহনলি।

মাসুম্না শ্রীকৃষ্ণদা লুককৎলগা যুথলনাচিংবনা খনজিনলগা মপানদা থোরক্লগা মথাদা ইরিবা শ্লোকঅসি পাঠতৌতুনা ধ্যান তৌগনি।

শালীভক্তং সুভক্তং শিশিরকরসিতংপায়সংপূপসূপং।
লেহ্যং পেয়ং সুচুষ্যং সিতমমৃতফলংঘারিকাদ্যং সুখাদ্যং॥
আজ্যং প্রাজ্যং সমিজ্যংনয়নরুচিকরংবাজিকৈলমরিচ।

স্বাদীয়ঃ শাকরাজী পরিকর মমৃতাহারজোষং জুষস্ব ॥

মন্ত্র অসি মপান্দা লৈরবা মতমদা শোনগনি অমস্ন মাপী অর্থস্থ ভাবনা নিংসংগনি ( মাস্থুন্না ত দা—ক্রমদীপিকাদা হাঙ্গী ) অর্থদি শালিভক্তং ( ফৌঙন্না লোকপা ফৌজাংকী চেংনা থোংবা চাক ) সুভক্তং ( য়াম্না ফজবা হাওবা নিংথিবা চাক ) শিশিরকর-সিতং ( থাগুন্না ঙৌবা ) পায়সং ( যঙ্গোমক্ষীর—ঈশিংনা শেংনা চামথোক্লগা চেংবু ঘীনা ঙৌরগা চিনী-শর্করা থাক্লগা অঙৌবা যঙ্গো-মদা মূনহনবাবু পায়স সঙ্গোম ক্ষীর কৌই। ঘীগা যঙ্গোমগতনা মূনহনবা ওইবনা দ্বিচ্ছিন্নতা দোষ লৈতে অস্থুন্না যঙ্গোম ক্ষীর হৌ হাঙ্গীনা শাস্ত্রনা তাকই ) পূপসূপং ( পূপ-মকুপ পেশলনাচিং-বনা শেন্থা বড়ানাচিংবা, সুপ হরাইথোংবা ) লেহ্যং ( যঙ্গোম অনৌ-বদা যঙ্গোন অফম্বগী মপংগা চিনীগা হাপতুনা শেন্থা শিখরিণীনা-চিংবা ) পেয়ং ( চম্প্রা মহিগা চিনীগা শেন্থানাচিংবা অম্বোল ) চুষ্যং ( চুনাচিংবনা শেন্থা সিতম্ (অঙৌবা) অমৃতফলম্ (অমৃতগুবা মহৈ ) ঘারিকাদ্যং ( য়ুবামকুপনে যঙ্গোমনে ঘীনে চিনীনে অসিনাচিংবনা নোইত্থনা তোংলগা ঘীদা মুলহনবা মতুম্থু ঘারিকা কৌই অসিনা-চিংবা ) সুখাদ্যং ( চাবদা হুঙাইবা-কনদবা ) আজ্যং ( ঘী ) প্রাজ্যং ( ঘীয়াম্না হাপ্পা পোৎ ) সমিজ্যং ( অথোইবা অচাপোৎ ) নয়নরুচিকরম্ ( এংবদা পাম্নবা ওইবা ) বাজিকৈল মরীচস্বাদীয়ঃ ( এলা-ইচি গোলমরিচনা শেন্থা অচাপোৎ ) শাক রাজী পরিকরং ( শাক-মবাএ নসাং, রাজী হঙ্গাম জাং অমস্থু পটোল, মরোই মরাং অর্থ অমমা এনসাং মনানা থোংবগী কুংনা হাপ্পা মথেন থরেং ) অমৃতহারজোষং ( অমৃতগুবা চিঙ্গাকপু ) জুষস্ব ( হাবিয়ু )।

গারুড়ে "নৈবেদ্যংপরয়া ভক্ত্যা ঘণ্টাদ্যৈর্জয়নিস্বনৈঃ।
নীরাজনৈশ্চ-হরয়ে দত্বাদ্ দীপাসনং বুধঃ ॥

সদাচার ( সাধুসিংনা তৌনবা ) খংবানা শ্রীহরিনা লুক হারিউৈদা পুরিক্লচিংবা ফরণী খোঙ্গেনমা অমসু "জয়" হাঙবা খোঙ্গেল ( বাহৈ ) বা খৌগল তৌগনি, নীরাজন ( মৈনা ভাজহনবা ) লুক হাবা লোইদরি-বা কাউবা খাওমৈনা ভাজহনগনি অদুগা লুক হাবাদা ফমবা আসন থাগনি।

ইত্থং সমর্প্য নৈবেদ্যং দত্বাজবনিকাং ততঃ।
বহির্ভুয় যথাশক্তি জপং সধ্যানমাচরেৎ ॥

মাতুম্না লুক কংলগা মুখনথাহুনা মপান্দা ধ্যান তৌহুনা মন্ত্র ১০০৮ ভমত্রগা ১০৮ রক শোনগনি।

অথ ধ্যানং,—ব্রহ্মেশাদ্যৈঃ পরিত ঋষিভিঃ সুপবিষ্টৈঃসমেতো,
লক্ষ্ম্যা শিঞ্জদ্বলয়করয়া সাদরং বীজমানঃ।
নর্মক্রীড়াপ্রহসিতমুখো হাসয়ন্ পংক্তিভোক্তৄন্,
ভূঙ্‌ক্তে পাত্রে কনকঘটিতে ষড়্‌রসং শ্রীরমেশঃ
একাপ্তিভি শ্চারুকৃতং সবয়স্যেশস্থ গোকুলে।
যশোদালাল্যমানস্য ধ্যেয়ংকৃষ্ণস্থ ভোজনং ॥

হজিক্তি ধ্যান হাঙৈরি—ব্রহ্মা, মহাদেবনাচিংবা দেবগণনা অমসুং ঋষিময়ামসু নিংথিনা ফমহুনা কোইশিনলে, লক্ষ্মীনা বলয়াগী খোঙ্গেনগা লোইবনা হয়াই হমহুনা, থৌগণ তৌরি পরেং কোইনা ফমদুনা চারিবাক্লিংবু নোকনা হাঙৈনাহুনা লোকহল্লি, মনানা সাবা পাত্রদা মহাও তরুকমা তিনবা লুকপু হাপ্তুনা লক্ষ্মীগী মপু শ্রীকৃ-ষ্ণনা লুক হান্নি।

একান্তভক্তসিংনা ধ্যান তৌবনবু গোকুলমন্দাগনা যশোদানা লালন তৌরহুনা সখা ময়ামগা লোইনহুনা লুক হাবাবু ধ্যান তৌগনি।

অথহোমঃ— নিত্যঞ্চাবশ্যকংহোমং কুর্য্যাৎশক্ত্যানুসারতঃ।
হোমাশক্তৌতু কুর্ব্বীত জপং তস্য চতুর্গুণং।

প্রভুনা লুক হারিভৈদা মুতিগী ওমজবগী মতুংইন্না হোম তৌগনি, ওম্নগা হোম ১০০৮, ওমদ্রগা ১০৮ নক তৌগনি, হোম তৌবা ওমদ্রগা মন্ত্রবু ওম্নগা ৪০০৮, ওমদ্রগা ৪০৮ জপ তৌগনি।

সমাপ্তিং ভোজনে ধ্যাত্বা দত্বা গাণ্ডুষিকজলং।
অমৃতপিধানমসিস্বাহেত্যুচ্চারয়েৎসুধীঃ॥
বিসৃজেদ্দেববক্তে তত্তেজঃ সংহারমুদ্রয়া।
নৈকান্তী তেজসঃ কুর্য্যাৎসংক্রান্তিমিবসংক্রমঃ॥

হোম লোইরগা শ্রীকৃষ্ণ লুকহাবা লোইরে, অস্নুন্না লিংলগা "ওঁ অমৃতপিধানমসি স্বাহা" মন্ত্র অসি হাঙ্গৈদুনা আচমনগী ঈশিং কংকনি। অদুগা ওসাই লুককংপদা শ্রীমুখদগী মঙান থোরকনা লুত্তনা চংবা অদুবু সংহারমুদ্রা উত্তুনা বিসর্জনা তৌগনি। একান্তী ভক্তনদি শ্রীমুখদগী মঙান থোকই হাঙ্গৈনা ধ্যান তৌদে (হাঙ্গৈখরবনি) অদুনা অমোক মঙান অদু শ্রীমুখদা চংখরে হাঙ্গৈনা ধ্যানস্থ তৌরোই। অথবলিদানং— ততোজবনিকাংবিদ্বানপসার্য্য যথা বিধি।
বিষ্বক্‌সেনায় ভগবন্নৈবেদ্যাংশং নিবেদয়েৎ॥

পঞ্চরাত্রে— বিশ্বক্‌সেনায় চাবেদ্য তচ্ছতাংশকং।
পাদোদকং প্রসাদঞ্চ লিঙ্গে চাণ্ডেশ্বরায়চ।

জিক্তি বলিদান তৌবা হাঈরি— য়ুখন হাঈদোক্লগা হৌনবীমতুং-ইন্না লুক – মহাপ্রসাদদগী শরুক খরাবু বিষক্সেনদা পিগনি। নারদপঞ্চরাত্রদা হাঈ হাখ্রবা লুকী শরুক চামা থোকপগী মতুং অমা বিষক্সেনদা পিগনি মন্দিরদা শিবলিঙ্গ লৈরবদি চরণামৃতনে প্রসাদনে "চণ্ডেশ্বরায়নমঃ" হাঈদুনা মহাদেবগী কাংলুপকী অথোইবা মকোক ওইবা চণ্ডেশ্বরদা পিগনি।

বলিদান বিধিঃ মুখ্যাদীশানতঃ পাত্রান্নৈবেদ্যাংশৎসমুদ্ধবেৎ।
"সর্ব্বদেবস্বরূপায় পরায় পরমেষ্ঠিনে।
শ্রীকৃষ্ণসেবাযুক্তায় বিষক্সেনায় তে নমঃ॥
ইত্যুক্ত্বা শ্রীহরের্বামে তীর্থক্লিন্নং সমর্পযেৎ।
শতাংশং বা সহস্রাংশমন্যথ'নিষ্ফিলং ভবেৎ॥

বলিদানগী হৌনবি হাঈরি— লুকী পাত্র মকোক (অথোইবা লুকমাং) অদুদগী চিংখৈথংবা মচীদা লৈবা প্রসাদী খবা চামগী লিসিংগী শরুক অমা ওইরবসু লৌরগা চরনামৃতনা চোৎহল্লগা শ্রীহরিগী ওই থংবাবোমদা মগুলি অকোইবদা "ওঁ সর্ব্বদেবস্বরূপায় পরমেষ্ঠিনে। শ্রীকৃষ্ণসেবাযুক্তায বিষক্সেনায় তে নমঃ" হাঈদুনা পিগনি। মাসুম্না বলিদান অসি তৌদ্রবদি লুক কৎপগী মহৈ লৈতে।

পশ্চাচ্চ বলিরিত্যাদি শ্লোকাবুচ্চার্য্য বৈষ্ণবঃ।
সর্ব্বেভ্যো বৈষ্ণবেভ্যস্তচ্ছভাংশং বিনিবেদয়েৎ॥

তৌচশ্লোকৌ – "বলির্বিভীষণো ভীষ্মঃকপিলো নারদোঽর্জ্জুনঃ।
প্রহ্লাদশ্চাম্বরীষশ্চ বসুর্বায়ুসুতঃ শিবঃ॥ ১
বিষ্বক্সেনোদ্ধবাঃক্রুরাঃ সনকাদ্যাঃ শুকাদয়ঃ।
শ্রীকৃষ্ণস্য প্রসাদোঽয়ং সর্ব্বে গৃহ্নন্তু বৈষ্ণবাঃ॥ ২"

ইদং যদ্যপি যুজ্যেত দর্পনার্পনতঃপরঃ। তথাপি ভক্তবাৎসল্যাৎ কৃষ্ণস্যাত্রাপিসম্ভবেৎ।

অহুগী মতুংদা বৈষ্ণবনা বৈষ্ণব পুন্নামকীদমক বলিবিভযণ.........না তৌবা শ্লোক অনিসি হাঈতুনা লুকপু চামাথোকপাগী লিশিংগী ওইরবমু মশুং অমা পিগনি। অমসু বৈষ্ণবসিংগীদমক মহাপ্রসাদি বলিদান তৌবা অসি শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীহস্ত লুক হারুবগী শেংদোক্লগা নুংশেন কৎলবা তুংদা তৌবনা মতিক চাই অহুবু শ্রীকৃষ্ণনা মনাইবু চানবদগী হান্ননা তৌবা অসিনা ওইবা য়াই।

অথজলগণ্ডুষাদ্যর্পণং— "উপলিপ্য ততো ভুমিং পুনর্গাণ্ডুযিকং জলং।
দদ্যাৎ ত্রিরগ্রে কৃষ্ণস্য ততোহস্মৈ দন্তশোধনং।।
পুনরাচমনং দত্বা শ্রীপাণ্যোঃ শ্রীমুখস্যচ।
মার্জনায়াংশুকং দত্বা সর্ব্বাঙ্গানি মার্জয়েৎ।।
পরিধাপ্যাম্বরে বস্ত্রে পুনর্দত্বাসনান্তরং।
পাদ্যমাচমনীয়ঞ্চ পুর্ব্ববৎ পুনবর্পয়েৎ।।
চন্দনাগুরুচুর্ণাদি প্রদদ্যাৎ করমার্জনং।
কর্পূরাদ্যাস্যবাসঞ্চ তাম্বুলং তুলসীমপি।

বৈষ্ণবনা লুক থাংদোক্লগা মফম অহুবু য়াই তৈংথোককনি, অহুগা ঈসিং অহুম্নক শ্রীকৃষ্ণগী মাংদা কৎকনি, অহুগা য়াশেংনবা নাপী অকুপপা কৎকনি। অহুগা অমোকসু আচমনগী ঈসিং শ্রীহস্ত অমসুং শ্রীমুখ শেংনবা ঈসিং কৎকনি তৈথোক্লবা ফি কৎলগা শ্রীঅঙ্গ পুম্নামকপু তৈথোককনি। ফৈজোমগা ইনফিগা থোনহনলগা আসন অতোপ্পা অমা অমোক কৎকনি, চরণগী অমসু আচমনগী ঈসিং অমোকসু কৎকনি চন্দন অগরু চন্দননাচিংবা মকৃপ শ্রীহস্ত শেংদোকনবা কৎকনি। কর্পূরনাচিংবা শ্রীমুখ শেংনবা প্লোৎলনবু পানাবুসু তুলসীবুসু কৎকনি।

অথপুনর্গন্ধাদ্যার্পণং— দিব্যংগন্ধংপুনর্দত্বা যথেষ্টমনুলেপনৈঃ।
দিব্যৈর্বিচিত্রৈঃ শ্রীকৃষ্ণং ভক্তিচ্ছেদেন লেপয়েৎ। রম্যাণিচোর্দ্ধপুণ্ড্রাণি সঘর্ষেন যথা সুগন্ধি নানুলেপেন কৃষ্ণস্য রচয়েত্তরাং। তথাচাগম ধ্যানপ্রসঙ্গে ললাটে হৃদয়ে কুক্ষৌ কণ্ঠে বক্ষোঞ্চপার্শ্বয়োঃ। বিরাজতোর্দ্ধ পুণ্ড্রে লৌ-

বর্ণকৈঃ বিভূষিতং ইতি। দিব্যানি কঞ্চু কোকীষ কাঞ্চ্যাদীনি পরাণ্যপি। বস্ত্রাণি সুবিচিত্রাণি শ্রীকৃষ্ণং পরিধাপয়েৎ। ততোদিব্যকিরীটাদি ভূষণানি যথারুচি। বিচিত্রদিব্য মাল্যানি পরিধাপ্য বিভূষয়েৎ।

অতুগী মতুংদা গন্ধনাচিংবাবু অমোক কৎপা হায়রি— কথরা চন্দন অমসু অপাম্বা মনম হুংশিবা তৈনবা পোৎ কৎকনি। ফজবা মচু মরমনা শ্রীঅঙ্গদা উনাশাবনা চিংববু একনি। ফজবা মচু ২না কথবা মুংনা চিংখৎপা শিরি মযাম্বু মনম হুংশিবনা তৈহুনা একনি। মাহুমক ধ্যানগী বা হাঙ্গবদা আগমনা হাঙ্গ, মাহুদি,—মনাগী মচুযানবা মচুনা মথক্তা মুংনা চিংখৎপা শিরিবু লাইপক্তা থজিন্দা পুক্তা খৌরিদ। পাম্বোম অনিদা ফবনা তৈগনি, অদুগা ফজবা কুরিৎ কোয়েৎ (মখল) অমসু অতোম্বা ফজবা মচু মখলমথা অয়াম্বা ফী পুম্নামকপু শ্রীকৃষ্ণদা খোনগনি। ফজবা নুহুপনা লৈতেংগনি পুম্নামক ফজবা মৈ পরেং খোম্নুনা লৈতেংগনি।

অথ মহারাজোপচারার্পণং— ততশ্চ চামর ছত্র পাদুকাদীন্ পরানপি।
মহারাজোপচারাংশ্চ দত্বা দর্পং প্রদাপয়েৎ।
বিষ্ণুধর্মোত্তরে— যথাদেশং যথাকালং রাজলিঙ্গং সুরালয়ে।
দত্বা তবস্থিচারেব মাত্রকার্য্যা বিচারণা।।

ছজিক্তি নিংথৌগী পোৎলোই সম্পোৎ কৎপা হাঙ্গবি—অদুগী তুংদা চামর, ছত্র খোঙুপ অসিনা চিংবা নিংথৌরেণগী পোৎলোইসম্পৎ পুম্নমক কৎকনি, অদুগা শকএংহুংশেন কৎকনি বিষ্ণুধর্মোত্তরদা হাঙ্গ, মাহুদি লৈপাক অদুগী মতম মতমগী চৎনবী নিংথৌগী পোৎলোইসম্পুৎপু মন্দিরদা কৎলবদি মী অদু নিংথৌ ওই মাহুদা চিংনবা লৈতে।

ততশ্চমূলমন্ত্রেণ দত্বা পুষ্পাঞ্জলিত্রয়ং।
মহানীরাজনং কুর্য্যাৎ মহাবাদ্যজয়স্বনৈঃ
প্রজ্বালয়েত্তদর্থঞ্চ কর্পূরেণঘৃতেনবা।
আরাত্রিকং শুভে পাত্রে বিষমানেকবর্তিকং।

অদুগী মতুংদা মূলমন্ত্রনা লৈখুমজোক অহুম কথলগা পুংশেন মন্ত্র-

মাচিংবগা লোইননা "অন্ন" হায়বা থোয়েননা মহানীরাজন—য়ামনা চাউনা লুক আর্তি কৎকনি। আরতি কৎনবা অকবা—অকাই অতোই-নত্তবা পাত্রদা কর্পূরনা ঘীনা ওইরবসু নৈ চাকহনুনা তুমাকাইবা বর্তি মসিংনা আরাতি কৎকনি।

থোইদোকপা—

মাসি ফাউবা অসিনা লুককৎপগী শক্তি হাঙ্গিশরে।

মাসিদা থোইদোকপা ময়মদি—মাসুমা লুককৎপা অসি দেবালযদা মাসুপ কুপনা কৎপা তৌনদে। কবিগুবা দেবালয়দা তৌরবসু য়াম্না সম-জিন্না তৌনবা ঙাক্কনি। অসুমা উরে, মাহুৎ দোবনা শ্রীকৃষ্ণদা লুক-কৎচনিংহুনা বিত্তশাঠ্য য়াওদনা বৈষ্ণবসিংনা হোৎনজরবসু চংনবি ওইনা পুমকং কংপি অসিমক্তা তৌনরে। থংদবদগীদি নত্তরবসু তনবদগী অয়া-ম্বা তৌনরমবাসু য়াই। অত্তুম্নদি ওইরগা লুককৎলমদইদা লুকতা লৈবা দোষ কোকহনবনচিংবা অসিদি তৌদবা য়াদে। ময়মদি—শ্রীসনাতন গো-স্বামীনচিংবা পরম মহানুভাবসিংনা লুক কৎপগী তঙ্কদোবনচিংববু শেং-দোক্নুনা কৎপা নত্তবদি মহাপ্রসাদ ওইদে অসুমা নিত্যশ্রাদ্ধগী প্রকরণদা সংসংনা তাকপির্নি। হরিভক্তি পরিশিষ্ট ওইনা লুক কৎপদা পাত্রনাচিংবগী অয়া য়াদবমাচিংবা খরা হাঙ্গির্নি।

অথ নৈবেদ্যপাত্রাণি।

স্কান্দে নৈবেদ্যপাত্রং বক্ষ্যামি কেশবস্ত মহাত্মনঃ।

হৈরণ্যং রাজতং তাম্রং মৃন্ময়মেব চ।

পলাসংপদ্মপত্রঞ্চ পাত্রং বিষ্ণোরতিপ্রিয়ং॥

লুক কৎনবা পাত্রগী ময়মদা স্কান্দ মহাপুরাণনা হাঙ্গি মাহুদি—"মহাত্মা কেশব শ্রীকৃষ্ণগী নৈবেদ্য [লুকহানবা পোৎ] কৎপাগী পাত্র হাঙ্গিগে--সনাগী পাত্র, রুপাগী পাত্র, কোরিগী পাত্র, লৈলশেংগী পাত্র

লৈপাকনা শাবা পাত্র, পঙ্গোং মনানা শেম্বা পাত্র, অমসু থম্নাগী পাত্র, মাখোই অসি শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বা পাত্রনি।

মন্তব্য—মণিপূরদদি লানা পাত্র ওইনহুনা ভাক্তা কৎলি, শ্রীশ্রী৺গোবিন্দদা নুতিগী কৎপদা লা য়াওদবা মুমিৎ লৈতে! মরম অসিনা মাসিমু য়ারম্বা য়াই, তৌইগুমসুং শাস্ত্রনা হাঙ্গৈবা শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বদি নত্তে অমসুং শ্রীবৃন্দাবনদা ব্রজ বৈষ্ণবসিংনামু লাবু ব্যাবহার তৌনদে। পাবনাবতার শ্রীগৌরহরিনা অদ্বৈত ভোজনদা অমসু সার্ব্বভৌমভট্টাচার্য্যনা কৎপদা লাদা চাক হাপ্পা কেওয়ামনাগী তুঙ্গাদা এনসাং হ.প্পা চৈতন্যচরিতামৃতদা হাঙ্গৈবা উই। অদুনা লা অসি ময়াই হাঙ্গৈবসি খংনৈ। অদুগা মণিপূরনা লাবু ব্যবহার তৌবগা হিন্দুস্থাননাচিংবদা চৎনবগদি মথক মখা ওম্নে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা শাস্ত্রনা যথারুচি হাঙ্গৈবনা ঐখোইগী লৈপাক্কী মতম অসিদা পরমভাগবত ভক্ত রাজর্ষিজয়সিংহনা তৌরম্বনগা ঐখোইগী চৎনবী শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না পেনবনি হাঙ্গৈনা ঐখোইনা থাজৈ।

শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা হাঙ্গৈরমই—

যদ্‌যদিষ্টতমংলোকে যচ্চাতিপ্রিয়মাত্মনঃ।
তৎতন্নিবেদয়েদ্‌মহ্যং তদানন্ত্যায় কল্পতে॥

পোৎ অদুবু লোকতা মীনা য়াম্না পামনবা ওইরবা মাডুগুম্বা পোৎসিং অদুগী মরক্তসু বৈষ্ণব অদুনা মানা য়াম্না পামজবাসু ওইরবদি পোৎ অদু ঐভোন্দা কৎলগা মপাননাইদবা মহৈ ওই, মসিদা সনাতন গোস্বামীনা হাঙ্গৈ, মীনা য়াম্না পামনরবা মানসু য়াম্না পাম্বা পোৎ অদু শাস্ত্রদা য়াদে হাঙ্গৈবসু লৈত্রবদি কৎকনি অসিনি, মাডুদি

লাদা কৎপা য়াদে হাঙৈবা শাস্ত্রদস্থ উদে, গৌড়ীয় ভক্তবৃন্দগী মরক্তা শ্রীঅদ্বৈত প্রভু, মহাপণ্ডিত সার্ব্বভৌমনাচিংবা মহানুভাবসিংনা য়াম্না পামনা চৎনবা উই, অহুনা লাদা লুক কৎপসি ঐনস্থ য়াম্না পা-মজরবদি অনন্তফল ওইবায়াই। শাস্ত্রনা ফনা য়াহুনস্থ ভিংথৌবু লোকতা মীনা পামনদবনিনা সগোন যণনা ফনা পামহুনাস্থ ঐনস্থ পামজদবনিনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা য়াদে। অহুগা মণিপুরদা লোকতা ফনা পামহুনাস্থ মাহুগী মথক্তা ঐনাস্থ য়ামনা পামহুনস্থ শাস্ত্রনা য়া-দবনিনা থাংজিএন কংলাএন, এনম, চোলাংবু কৎপাদি মৈষ্ণব সমাজদা চৎনদে।

দেবীপুরাণে— ষট্‌ত্রিংশদঙ্গুলংপাত্রমুত্তমং পরিকীর্ত্তিতং।

মধ্যমঞ্চত্রিভাগোনং কনীসংদ্বাদশাঙ্গুলং॥

পাত্রদি খুৎদোন ৩৬ চাউবনা অথোইবনি, খুদোন ২৪ না ময়াই খুদোন ১২ না ইতোন তোনবনি।

ষষ্ঠস্কন্ধে— "নৈবিদ্যং চাধিগুনবদ্দদ্যাৎপুরুষতুষ্টিদং।"

শ্রীভাগবত ষষ্ঠ স্কন্দদা হাঙৈ, মগুণ য়ামনা চেনবা পোৎ কৎকনি, পরিমান্দি - নিপা অমনা চাবদা পুক থনগদবা চাং ওইনা কৎকনি।

নৈবেদ্যানামভাবেতু -ফলানি বিনিবেদয়েৎ।

ফলমপ্য ভাবে তু - তৃণগুল্মৌষধীরপি॥

নৈবেদ্য পুমনমক ইনৈমক লৈত্রবদি মহৈনা লুক কৎকনি। মহৈ লৈত্রগা নাপী অথোৎপা ফৌ চেং মরু মরাং ডাক্তা ওইরবস্থ খী হাগুনা কৎকনি।

নৈবেদ্যং কল্পয়েদ্বিষ্ণোঃ স্তদভাবে চ পায়সং। কেবলং ঘৃতসংযুতং ॥

নৈবেদ্য — লুকপু স্থপনগী সঙ্গোম ক্ষীবতনাস্থ ঘী হাপ্তনা কৎকনি।

নৈত্রগা কংকদবা পোৎ।

ওষধীনামলাভেতু তোয়ঞ্চ বিনিবেদয়েৎ।

তদলাভেতু সর্ব্বেষাং মানসং প্রবরংস্মৃতং॥

মরুমরাং নৈত্রগা ঈসিংতনা লুক ওইনা কৎকনি. ঈশিংস্থ নৈত্রবদি পুকনিংনা লূক সেমতুনা কৎকনি. মাতুনা অহেনবনি।

ইতি গৌড়ীয়ধর্ম্মে শ্রীভগবদ্‌পূজাবিধৌ সপরিশিষ্টং নৈবেদ্যার্পণং।

ঈশৈ. যন্ত্র. জগোই, — "ততো বিচিত্রৈললিতৈঃ কারিতৈর্বাস্বয়ংকৃতৈঃ।
গীতৈ র্বাদ্যৈশ্চ নৃত্যৈশ্চ শ্রীকৃষ্ণংপরিতোষয়েৎ ।।

লুক কংলবা তুংদা ফজবা অমস্থ তনৌ তনৌবা ময়েক ওইবা ঈশৈ, মানা লেংজবা হৈত্রগা মীবু লেংহনবা শক্নি, যন্ত্র খোংগনি, জগোই সাগনি মাস্থম তৌতুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেনহনগনি।

তৌহৈদবা, — নৃত্যাদি কুর্ব্বতো ভক্তান্নোপবিষ্টোবিলোকয়েৎ।
নচ তীর্য্যগ্ ব্রজেৎতত্রতৈঃ সহাস্তরয়ন্ প্রভুং ।।

ভক্তসীংনা জগোই সারিঙৈদা ফমতুনা জগোই সাবাবু এংবা য়াদে, ইবুঙোগা ভক্তগা অনিগী মরক্তা চৎপা য়াদে। ইবুঙো মাংদা জগোই সাববু ফমতুনা এংলবদি মপোক মপোক খুদিংদা মখোং তেকপা ওইনা পোকই। ইবুঙোগী মাংদা জগোই সারিঙৈ অমস্থ ঈশৈ শকনিঙৈদা ইবুঙোগা শক শোনবগা অনিগী মরক্ত। লমলাম্দুনা চৎলবদি শা ওইনা পোকই।

ইবুঙোগী মাংদা ইশৈশকপা — "নাহং বসামি বৈকুণ্ঠে নযোগিহৃদয়েরবৌ।
মদ্ভক্তা যত্রগায়ন্তি তত্রতিষ্ঠামি নারদ ।।"

পাম্মদা হাই, শ্রীকৃষ্ণনা মাথংনি, ঐদি বৈকুণ্ঠদা লৈতে, যোগিশী থমোইদাসু লৈতে ঐগী ভক্তশীংনা ঈশৈ শকপা মফমদা লৈ।

খুরুম্বা,— দোর্ভ্যাং পদ্‌ভ্যাংজানুভ্যামুরসাশিরসাদৃশা। মনসাবচসা চেতি প্রণামোঽষ্টাঙ্গ ঈরিতঃ ॥— ১ পাম্বোম অনিনা ২ খোঙ অনিনা ৩ খুকউ অনিনা ৪ থবাকনা অমসু ৫ কোকনা লৈপাক্তা ভাবা, ৬ মীৎনা এংবা, ৭ পুক্রিংনা ইবুঙোবু খুরুমজরি নিংসংজবা অমসু ৮ চীননা "ইবুঙো মা চরণ থম্বান খাদা ননাইনা খুরুমজরি হাইবা নিপান অসিবু অষ্টাঙ্গ প্রণাম মথন নিপান খুরুম্বা কৌই। ইবুঙোনা ইবুঙোবু খুরুম্বদি মাসুম্না খুরুমমু হাইনা তাকপাবু শ্রীগবতনা হাই, - শিরোমৎপাদয়োঃ কৃত্বা বাহুভ্যাঞ্চ পরস্পরং প্রপন্নং পাহি মামীশ ভীতংমৃত্যুগ্রহার্ণবাৎ ॥— হে উদ্ধব। কোকপু ঐগী খোঙদা (ভাবনা) হাপতুনা খুৎএংনা ওইথম্বা অমসু খুৎওই না এৎথংবা খোঙবু পাইতুনা শিনা কোয়না লাকতুনা অবাবা সমুদ্রদা দুপপনা কিরতুনা চংজরবা ননাইবু কনবিয়ু হাইনা খুরুমগনি।

> "গরুড়ং দক্ষিণে কৃত্বা কুর্যাৎতং পৃষ্ঠতোবুধঃ।
> অবশ্যং চ প্রণামাংস্ত্রীন্ শক্তশ্চেদধিকাধিকান্ ।।"

— জ্ঞান লৈবনা ইবুঙোগী মাংদা লৈবা গরুড়বু এৎথোইননা মাগী তুং ওইনা (ইবুঙোগী মাংদা তুংদা ওইরোমদা অমসু য়াম্না নকপদা খুরুমহৈদে অদুনা) খুরুমগনি, অহুমলকুগী তাদনা ড্রমাম্‌থ য়ামগৎতু না দণ্ডবৎ=অষ্টাঙ্গ প্রণাম তৌনা খুরুমগনি। "জানুভ্যাঞ্চৈববাহুভ্যাং শিরসা বচসাধিয়া পঞ্চাঙ্গকঃ প্রণামঃ স্যাৎপূজাসু প্রবরাবিমৌ ॥"— ১ খুকউনা ২ পাম্বোমনা ৩ কোকনা, ৪ চিন্না=রাহৈনা হাইতুনা অমসু ৫ পুকনিংনা মঙা অসি সুনা খুরুম্বাবু পঞ্চাঙ্গ প্রণাম মথন মঙাসুনা খুরুম্বা কৌই।

লৈপাক্ত অমোক্লং তুবগা অতুমক খুরুম্বাবু অমদগী হেনবা মসিং ওইরোই। হোগৎ হোগৎলগা খুরুমগনি।

লৈসিনৈথোনবা (স্তুতি),— ভমজদা স্তোত্রনাচিংবা থিংগনি,— অতৈমক

ওমত্রেবাসু শ্রীভাগবতনা তাকপা শ্লোক অসিদি সোইদনা পাঠভৌগনি মাহুদি.— "ধ্যেয়ংসদা পরিভবঘ্ন মভিষ্টদোহং তীর্থাস্পদং শিববিরিঞ্চি-নুতং শরণ্যং। ভৃত্যার্ত্তিহং প্রণতপাল ভবাব্ধি পোতং বন্দে মহাপুরুষ তে চরণারবিন্দং"॥১॥ ত্যক্তা সুদুস্ত্যজ সুরেপ্সিতরাজ্য লক্ষ্মীং ধর্ম্মিষ্ঠ আর্যবচসা যদগাদরণ্যং। মায়ামৃগং দয়িতয়েপ্সিত মন্বধাবদ্ বন্দে মহাপুরুষ তে চরনারবিন্দং ॥ ২ ॥

কোইবা,— অহুগী মতুংদা এৎলোইননা ( ত্রৈশী এৎলোমথংবদা ইবুংঙোনা লৈহুনা ) কোইগনি। কোইরিভৈদা নাম শোনগনি, "নামানি কীর্ত্তয়ন্ শক্তৌ দণ্ডবৎ প্রণিপাতনং।" -ওমবদি দণ্ডবৎ তৌহুনা ২ কোইগনি। কোইবাগী মসিওদি,- দুর্গাবু অমোক, গণেশবু অহুমক, সূমিৎতা তরেৎমক, শ্রীকেশবতা মরিমক অমসু মহাদেবদা ভংখাইতা কোইবা হৌনৈ।

অহুগী তুংদা—কর্ম্ম—তৌখিবা থবকপু কৎপা, আত্ম নিবেদন তৌবা মালাজপ তৌবা, প্রার্থনা তৌবা, অপরাধবু ওাকপিম্ন হাইজবা পুন্নামক তৌগনি।

## ✱ মধ্যাহ্নদা বৈষ্ণবনা তৌগদবা। ✱

মধ্যাহ্নদা অমোক হন্না ইরুজগনি, ওমত্রগা মন্ত্রগী স্নান তৌগনি। মধ্যাহ্নগী ইরুদরিভৈদা লৈনাচিংবা হেক্কনি মাগী মনাইনাচিংবাবুসু হেক-হনহুনা মধ্যাহ্নগী হাইগ্রবা সেবাবু তৌগনি।

## ✱ বৈষ্ণবকী বলিবৈশ্বদেবনাচিংবা। ✱

মনুষ্যানবানা মুভিগী তৌদবা মাদবা যজ্ঞ মঙানি, মাহুদি ১ দৈবযজ্ঞ, ২ ভূত যজ্ঞ, ৩ পিতৃ যজ্ঞ, ৪ মানুষ যজ্ঞ অমসু ৫ ব্রহ্ম যজ্ঞ, মঙা অসিনি। ১ হোম তৌবনা দৈবযজ্ঞ,—অচাপোঃপু অচৎপা চৎত্বাপুম্বদা পীবনা ভূত যজ্ঞ, তর্পণতৌবা, ব্রাহ্মণদা চাক পীবা, নাচিংবা, অতিথিপূজা

তৌবা, বেদপাঠ তৌবা ঙমত্রগা পুরাণ পাঠ তৌবা অসিনি, বৈষ্ণবীদি শ্রীকৃষ্ণদা কৎপ্রবা মহাপ্রসাদবু দান তৌগনি। শ্রীভাগবত পাঠ তৌবনা চিংথম ব্রহ্মযজ্ঞ তৌবা ওই। শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবনা দৈবযজ্ঞ অতুমক ওই।

## হুজিক্তি বৈষ্ণবকী শ্রাদ্ধবিধি হাঙ্গৈরি।

শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামি পাদনা হরিভক্তি বিলাসদা বৈষ্ণব শ্রাদ্ধগী রাএনবু হাঙ্গৈ। মাতুবু শ্রীসনাতন গোস্বামি পাদনা ব্যাখ্যা তৌই, - মাতুবু ঐখোইনা মতাং অসিদা লৌখৎলি। মরমদি শ্রীশ্রী৺ গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী পাদানুগত ওইবা ষট্ গোস্বামীগী মতনা হিং-ননবা ওইবা গৌড়ীয় সম্প্রদায় পুম্বনা শ্রীহরিভক্তি বিলাসগী মতাং অসি মুন্না খংবদা য়াম্না কান্নে। মাসিগী মতাং অসি খংদ্রবদি গৌ-ড়ীয়া পুম্বাগী হিংতুনা পানবগী কান্নবা পুম্বাবু উত্তা ঘী হৈবাগুম্না মাংনবা ওই।

মতাং অসিদা হাঙ্গৈরিবা বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ অসিদি,— শিরগা শো নবা পুবক, অস্থি সঞ্চয়ন, আদ্য শ্রাদ্ধ, দ্বাদশ মাসিক শ্রাদ্ধ অমসু সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ হাঙ্গৈবা প্রেত শ্রাদ্ধ সীং অসিবু নত্তে। গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী মতুং ইন্না বিষ্ণু দীক্ষা তৌরবা, মশাদি লম্মোইদরিবা গৃহস্থ ওইরিবা, মপা মমাদি শিরবা মীনা তৌদবা য়াদবা শ্রাদ্ধ খবা লৈরি মাতুবু বৈষ্ণবনা করম্না তৌগদগে? হাঙ্গৈবাবু শ্রীহরি-ভক্তি বিলাসগী বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ বিধিনা তাকই। বৈষ্ণবনা তৌদবা য়াদবা শ্রাদ্ধ অতু মখল অনিনি, মাতুদি নিত্য শ্রাদ্ধ অমসু নৈমি-ত্তিক শ্রাদ্ধ অসিনি। নিত্য শ্রাদ্ধদি বলিবৈশ্বদেবনাচিংবা পঞ্চ মহা যজ্ঞগী মনুং চনবা পিতৃ যজ্ঞবু নিত্য শ্রাদ্ধ কৌই। মাতু য়াম্না শন্না

শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদনা তৌগনি, মুক্তিগী তৌগনি, অস্রুমা হাঙৈখরে। নৈমিত্তিক শ্রাদ্ধদি শাস্ত্রনা মখন য়াম্না হাঙৈরি, মাহুগী মতুংদা বৈষ্ণবনা তৌদবা য়াদবগী মখেদি শ্রীভাগবতনা যুধিষ্ঠির নারদ সম্বাদদা হাঙৈ। মাখোই অগুদি ইপা ইমানা শিখিবা থাদা শিখিবা তিথিনা পানবা মমিং অসিনাচিংবানি। শ্রাদ্ধ হাঙৈবদি শিখ্রবাগীদমক পিতৃগীদমক থাজনা দান তৌবাবু কৌই। বেদনা হাঙৈ, ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণবতা চাক পিজবাবু কৌই। মাসিগুম্বা ব্রাহ্মণদা চাক পীজবা শ্রাদ্ধ অসি তৌবদা বৈষ্ণবসীংগী অকাইবা অমা লাকই, মাহুদা বৈষ্ণবনা তৌগদবা তাকপাবু শ্রীহরিভক্তি বিলাসনা "বৈষ্ণব শ্রাদ্ধ বিধি" কৌই। মাহুদি স্মৃতিনা হাঙৈ,—

গৃহাগ্নি শিশুদেবানাং যতীনাং ব্রহ্মচারিণাং।
পিতৃপাকোনদাতব্যো যাবৎপিণ্ডান্ননির্বপেৎ ॥
( স্মৃতিঃ )

—য়ুমগী মৈদা, অণ্ডাংদা, লাইদা নখোইবদা অমসু ব্রহ্মচারিদাসু শ্রাদ্ধগীদমক থোংবা চাকপু পিণ্ডদান তৌদরিঙৈদা পীবা য়াদে। অসিনি হাঙৈরিবা স্মৃতিগী প্রমাণ বচন অসিদগী থংলে, শ্রাদ্ধ দিন থোক্লবদি পিণ্ডদান তৌদরিঙৈদা শ্রীভগবানদা লাইনিনা লুক কৎপা য়াদে, অতুগা পিতৃদা পিণ্ডদান তৌখ্রবদি শ্রীভগবানদা লুক কৎপদি য়াদবগী য়াদবা। অসুম তৌহুনা শ্রাদ্ধ থোকপা মমিংতদি বৈষ্ণব ধর্ম্ম কাইরে। মাসিগী মরমদা শ্রীহরিভক্তি বিলাসনা হাঙৈ,— মাহুদি,—

"ঈদৃক্ সামান্যবচনং বিশেষবচনব্রজৈঃ।
শ্রুতিস্মৃতি পুরাণাদি ধৃতৈর্ব্বাধ্যতে ধ্রুবং ॥"

—পিতৃগীদমক পিণ্ডদান তৌদরিবা মথৈ, নাইদা লুককৎপা য়াদে হায়বা আসিদি চুম্নাগী অচম্বা নাইবু হায়রবনি, শ্রীকৃষ্ণদা লুক কৎলগা কোম্না পিতৃগী দমক পিণ্ডদান তৌগদবনি হায়না তাকপা শ্রুতি, স্মৃতি, পুরাণনা চিংবা শাস্ত্রপুম্বদা লৈবা বচন সীংনা স্মৃতিগী য়াথংবু ককথৎলি। অসি হঙ্গিদুনা শাস্ত্রপুম্বাগী প্রমাণ বচন ময়াম্বু উৎলি। মস্তুম তৌদুনা বৈষ্ণবনা তৌগদবাবু শ্রীহরিভক্তি বিলাসনা তাকই।

প্রাপ্তে শ্রাদ্ধদিনে হ্পি প্রাগন্নং ভগবতে হ্র্পয়েৎ।
তচ্ছেষেণৈবকুর্ব্বীত শ্রাদ্ধং ভাগবতোনরঃ॥

—শ্রাদ্ধদিন থোক্লবা মুমিংতাসু পিতৃগী দান তৌদরিঙৈদা হান্ননা শ্রীভগবান্দা লুক কৎলগা মাদুগী অরেম্বনা বৈষ্ণবনা শ্রাদ্ধ শোনগনি।

মন্তব্য— বৈষ্ণবতি শ্রীভগবান্গী সেবা লোইদরিবামথৈ শ্রাদ্ধ শোনবা হৌবা য়াদে, মরমদি ইবুঙোদা কৎতরিবা মথৈ ইবুঙো নত্তবাদা ঈসিংদগী হৌদুনা করিগুম্বা অমত্তা পীবা য়াদে। ভীক্ষা পীবাসু য়াদে। সেবাপর বৈষ্ণবতি নিত্যসেবা লোইদরিঙৈদা মৈ কাউবা পীবা য়াদে।

অমসু শ্রীভগবান্দা কৎখিবাগী অরেম্বনা হায়বাসিদা লুক শেমথ্রগা লেমহৌবা য়ানহৌফমদা লৈহৌবা অদুনা পিতৃ শ্রাদ্ধ শোন্নবা য়াদে, মরমদি পদ্ম পুরাণদা হায়,—

বিষ্ণোর্নিবেদিতান্নেন যষ্টব্যংদেবতান্তরং।
পিতৃভ্যশ্চাপিতদ্দেয়ংতদানন্ত্যায় কল্পতে॥

— শ্রীভগবান্দা লুকৎপাগী হৌনবি কাইদনা কৎপ্রবান,—ইবুঙোনা হাপ্রবনা হাবদগী লেমহৌবা ওইনা কংলিবা মহাপ্রসাদনা অতোপপা দেবতাবু পূজা তৌগনি। মাদুবু পিতৃনাচিংবাদা পীগনি, অদুগা অন্তফল ওই, অসুম্না শাস্ত্রনা হায়।

ময়াম থোক্লগা লুক কৎপ্রবদা লৈহৌবা ময়াম অদুবু মহা-

প্রসাদনি হাঙ্গৈনা লৌবা য়াদে। মরমদি মাখোই অহুদি দোষ শোষণনাচিংবা তৌহুনা শেংদোক্কবনি, অমসু হৌনবীগী মতুংইন্না কৎতবানিনা "অনর্পিতং তথাবিষ্ণৌ শ্বমাংসসদৃশংভবেৎ" হাঙ্গৈবা ন্যায়না মহাপ্রসাদী কৌদে। লৌথোক্লুনা কৎথিবাগী অরেম্বাবু মহাপ্রসাদ কৌরবদি ইমুংদা লৈহৌবা পোৎ পুম্বাসু প্রসাদ কৌবা তারে মপানবীদা পানহৌবা মহৈ মরোংসু অমোক হেক্লুনা কৎপা য়াদবা ভাই।

কনাগুম্বা সীংনা উচ্ছব কৎলগা শ্রীভগবান্দা লুককৎলি। কৎতবা লৈহৌরিবা সীং অহুবুসু কৎপা ওইনবা হাঙ্গৈহুনা শালগ্রামনা চিংবা লেং-সিন্দুনা ময়ামহুসু কৎথোকনৈ, মাহুদা ময়াম অহুবু পুলপ কৎপাদা লুক কৎপাগী হৌনবী লুকপু শেংদোকপনা চিংয়া তৌদবদি, মাহুবু মহা-প্রসদনি, হাঙ্গৈনা চিংবদি ওইরোই। অমসু কনাগুম্বনা শ্রীবিগ্রহগী মাংদা পুসিনলগা কংপাগী হৌনবিদি তৌদনা সরিক খিংহুনা ঈসীং হৈহুনা তুলশী পত্র থাদহুনা মন্দির থোং থিংহুনা ভহাক্তং থনজিনলি। —শাস্ত্রনা হাঙ্গৈবা পুন্নামকতি তৌদে, মাহুসু পুলপকৎপাগা অমহানি, —থাঙ্গৈশেংবা মহাপ্রসাদদি ফংদে। মাহুনা মহাপ্রসাদ ওইরবদি বৈ-ষ্ণব শস্ত্রনা হাঙ্গৈবাগী মতুং ইন্না কৎপাগী কান্নবা লৈতরে অমসু শ্রীমন্দির মন্নুংদা লুক ময়াম থারগা কৎপদি লুক পুন্নমক্তি সুনা তৌবদি ওমত্রবদি হৌনবি তৌনা কৎতবা· লুক অতৈহুসু য়ালহৌ কমদা লৈহৌবা অহুগা চপ অহুমক মান্নাগনি।

কনাগুম্বাসীংনা হুজিক য়াম্না তৌনরকলে, পঞ্চতত্বনাচিংবাগী কম্মফন থাহুনা লুক ময়াম ১০০।২০০ ফাওবা থাহুনা লুককৎলি।

মাতুদা কৎপা লুক ময়াম অদুবু মহাপ্রসাদনি শ্রীভগবান্দা কৎ-খ্রবনি, হাঙ্গৈনা লৌরবদি শ্রীহরিভক্তি বিলাসনা হাঙ্গৈবিবা অমস্নুং শ্রীমন্মহাপ্রভুগী সম্মত ওইবা শ্রীসনাতন গোস্বামীনা তৌবা সদাচার লৌববদি মাতুবু অচুম্বনি, অফবনি, অশেংবনি অমসু শ্রীমহাপ্রভুগী সম্মতনি, হাঙ্গৈনাদি লৌফম থোক্কে। তৌইগুমসু অসুপ য়াম্বা পুম্ন-মক অসি থিরুরবদি ঐখোইগুম্বা জীবনা মহাপ্রসাদবু মাপোক অসিদা ফংলবোই। ঐখোইদি মাসি মহাপ্রসাদনি, হাঙ্গৈতুদা পিববদি ঐখোইনা মাতুবু থাঙ্গৈশেংবা মহাপ্রসাদনি, মাতুদা কবি অমত্তা চিংনফম থোক্কে শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হাঙ্গৈ,— "সংশয়াত্মা বিনশ্যতি" চিংনবা মানা মাংই। শ্রীভগবান্দি ভাবতা লৌবনি, মনাইনা ভক্তি তৌদুনা বৎপা অদুতা ইবুঙোনা চাঙ্গৈ, উনা থিদে, হৈ, লৈ, ঈশিং থিদে, মাদতু ঐনা চাই হাঙ্গৈতুনা ইবুঙোনা গীতাদা হাঙ্গৈ। শাস্ত্রনা লুক কৎপাগী হাঙ্গৈবিবা নিয়ম পুম্নমক অদু অচুম্বনি, লুক কৎচবিবা ভক্ত অগী ভক্তি চাওখৎনবগীদমক শাস্ত্রনা তাকপনি। ঐখোইশা মহাপ্রসাদবু যংবা মতমদা মহাপ্রসাদবু থজনা ইবুঙোগী প্রসাদন, হাঙ্গৈনা ভক্তি অদু হেক কৎপদা হান্না কৎলক্কবাসু খুংথক্তা কৎলে, মহাপ্রসাদ ওইখ্রবনি, মাসিগীদমক শ্রীগীতানা শ্রীভা-গবতনা তাকপিরিবানি। শ্রীমন্মহাপ্রভুনা সদাচাব অসি উৎনম্নবনি খুদমগীদমক সার্ব্বভৌমনা প্রভুবু ভিক্ষা কৎপদা শ্রীকৃষ্ণদা হান্না কৎতবা চাক এনসাং পুম্নাবু মথক্তা তুলশী পত্র হাপ্লা উরগা প্রভুনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎখরবা মহাপ্রসাদনি, হাঙ্গৈতুনা লৌবা অদু ইবু-ঙোনা ঐখোইদা তম্বীরিবনি,— মাহুম্না ঐখোইবু তৌজা তাকপনি।

মরম অসিদগী মহাপ্রসাদদি য়াম্না হোংই, ইফং ফংবনি, ঐনা ২ মহাপ্রসাদযু মতিক চাবা সম্মান তৌবা ওমদবা, অত্থুতনি।

## হুজিক্তি মহাপ্রসাদবু সেবা তৌবা হাঙ্গৈরি।

দৃষ্ট্বা মহাপ্রসাদান্নং তৎপ্রাগ্ নত্বাভিমন্ত্রয়েৎ।
স্বে ষ্টনাম্না ততো মূলমন্ত্রনাবারসপ্তকং॥
ধর্ম্মরাজাদি ভাগঞ্চাপাস্য শ্রীচরণামৃতং।
তুলসীঞ্চাত্রনিঃক্ষিপ্যশ্লোকান্ সংকীর্তয়েদিমান্॥

— মহাপ্রসাদবু উরগা অহানবদা খুরুমগনি, কামগায়ত্রী শো-নগনি। অত্থুগা "ক্লীঁ কৃষ্ণায় নমঃ" মন্ত্র অসি তরেৎলক শোনগনি। মহাপ্রসাদদগী ধর্ম্ম রাজ অমসুং পিতৃলোককী শরুক খরা লৌথো-কু না মফম অমদা থমগনি। অত্থুগা শ্রীচরনামৃতনে তুলসীনে অনি-মক মহাপ্রসাদদা হাপকনি। অত্থুগা খুৎ লোম্নাহুনা মখাদা ইরিবা মন্ত্রসীং মসি হাঙ্গগনি,—

যস্যোচ্ছিষ্টং বাঞ্ছন্তি ব্রহ্মাদ্যাঋষয়োঽমলাঃ।
সিদ্ধাদ্যাশ্চহরেস্তস্য বয়মুচ্ছিষ্টভোজিনঃ॥

—ব্রহ্মানাচিংবা লাই পুম্বনা মক্তরবা ঋষি পুম্বনা সিদ্ধনাচিং-বনাসু শ্রীহরিগী মহাপ্রসাদবু পামই, অত্থুগুম্বা ইকুওোনা হাখিকাগী অরেম্বাবু ঐখোইনা চাজে। মাসি মত্রগা অতে অতোপপাসু হাঙ্গ-বাসু য়াই সংস্কৃতকী শ্লোক ওইনা হাইবা মুওাইত্রগা মৈতৈরোল্না হাঙ্গৈরবাসু অত্থু মওাই। মাসুম্না মন্ত্র শোনবা অসিনা খংহনজিনবি

মহাপ্রসাদ কংলিউৌদা ইবুঙোনা পাঙ্গল থেক্নুনা সান্নবা ইবুঙোগী লীলাসীংবু নিংসং ২ ছুনা চাগনি, হিরণ্যাক্ষ হাৎপা, কংস, রাবণ হাৎপাগুম্না সান্নাববু নিংসংহুনা চাগনি। *

অহুগী মথংদা আচমন (আপোশান) তৌগনি "ওঁ অমৃতোপস্তরণমসি স্বাহা ( ওঁনা মন্ত্রগী দমকনি, ঈসিং নংনা অমৃত ওইবা মখা থানবা মথন অমনি)— হাঙ্গীহুনা ঈসিং অহুবু ব্রহ্মাগী মশক ওইবা শ্রীবিষ্ণুনি নিংহুনা চিনদা ঈসিং হাপকনি। অহুগী মথংদা খুদোন মঙাংমকনা চাক বোরোই মরুম লৌহুনা মঙারক হোম তৌগনি। মাহুম্না হুকপদা ১দা খুৎপী, খুৎয়াই, খুদোনবা, অনিদা খুৎনাওবী, খুৎনিংথৌ, খুৎপীনা, ৩দা খুৎয়াই,

* মহা প্রাসদ খুনবাগীনি; মথক্তা হাঙ্গিরিবা অসিবু শ্রীহরি ভক্তি বিলাসনা তাকপনি। গৃহস্থনা মহা প্রসাদ মক ফংদ্রবাসু ফংগদবাবু মহা প্রসাদ মকনি। হাঙ্গনা নিংহুনা মহাপ্রসাদবু ফংবদা তৌরবা ব্যবহার অসি তৌগদবনি। মাহু তৌরবদি মহা প্রসাদবু ফংবা অহুমক ওংরে। তৌইগুমসু ঐথোইনাদি চাগদৌরিবা মাহুবুদি মহাপ্রসাদনি হাঙ্গনা নিংলুরবাসু পুকনিংনা হাজোইরবাবুদি চাবদা মহাপ্রদগী ব্যবহার অসি তৌরোই। মাহুদা তৌগদবদি,—চাকলুক্কী মথাদা ঈসিংনা মথারেংমদগী হৌংনা চিথেক মরি নাইবা মকোং অমা এক্কনি, মাহুগী মথক্তা চাকলুক থমগনি ( চাকতা কত্তবা চংবা ঙমদনাবনি ) অহুগী তুংদা খুত্তা ঈসিং হাপ্তুনা চাকলুকপু ঈসিংনা কোঙ্গগনি। চাকপু খুৎ লোম্নহুনা স্তুতি (ঐথোইনা স্তুতিগী নংবু ফংবা ওইগে হাঙ্গিগনি। থাগৎপা ) তৌগনি। অতুগা ঈসিং না চাকপু খিকতোক্কনি। লৈপাক্তা বোরোইমরুম চাওবা চাক মতুম অহুম থাদোকনি। ১ না ভূতিগী ২ না ভুবন পতিগী অমসু ৩ না ভূতপত্তিগী। মাসি কাউবা অসিতা মহাপ্রসদগী মান্নাদবন মাসিগী মথংদি চপ মান্নে। হাঙ্গবদি চাক চাগৎবাগী অহানবা ঈসিংনা আচমন তৌবাবু শাস্ত্রানা "আপোশান" কৌই, মাহুদগীনা লো মান্নে।

খুৎনিংথৌ, খুৎপী, ৪দা খুৎনাওবী খুদোনবী খুৎপীনা ৫দা খুৎমতোন পুম্বানা পাইগানি অসুম্না শৌনকনা হাঙ্ঘি। অদুনা মন্ত্রদি ১ প্রাণায় স্বাহা, ২ ওঁ অপাণায় স্বাহা, ৩ ওঁ ব্যানায় স্বাহা, 8 সমানায় স্বাহা ৫ ওঁ উদানায় স্বাহা অসিনি।— অদুগী মতুংদদি চানিংবা চাগনি। ওইরোমদা ঈসিং থমদুনা চাবা মাংই। খুংওইনা পাইদুনা ঈসিং থকপা মাংই, খুৎ এৎনা পাইদুনা থকপাসু খুৎ ঙা-চাক পকনা পাইদুনা থকপা মাংই অসি নাচিংবা খংনগনি। চাক চারিবৈদা হৌদোংনা শোকপা মাংদে, হৌদোং দা শোকপদি মাংই। চাক লোইনগা বোরোই সকুমদং চাক অবেম্বাবু পাই রগা খুৎপীগা খুদোনবীগা অনিগী মবক্তা চাবলুক্টী ওইনোমদা পীগনি। মাদুবু চিত্রাহুতি কৌই। অদুদগী ঈসিংবু খুত্তা হংপাগা "ওঅমৃতাপিধান মসি স্বাহ"— ওঁ মন্ত্রগীনি, অমৃত ওইবা কুপনাবা ঈসিংনি ঘসি হাইদুনা তংখাই অমা থক্লগা চিত্র হুতিদা অবেম্বাবু খুৎপী খুদোননীগী মবক্তা তাহন লু। মাসুম্না চাক চাবা তোক্লনি-লোইগনি ইতি শম্।

পবিশিষ্ট থরা,—চাক চাবা মেম্বগা য়াবকতা পকপা নৌথোক্লবা চৈনা পজেংনা খিনবা মাংই, তৌনদে শম্রনা হাঙ্ঘি থিনলুনবদি দন্ত ধাবন তৌবা ওই, কোক তুমদুনা ইকুঙগদবান চাক এনসাং পকখ্রবদি করম তৌগনি? "দন্তবৎ দন্তলগ্নেষু"- চিনশংনা তেংলবদা য়াদাপক্লবা তান্দ্রবাদি মাংদ, য়াগা মানৈ। ঐখোইনা উথবে, ইবুঙোগী লুকৎপদা য়াশেংনবাগী দমক নাপী কৎলি, অদুনদি নাপীনা শেংদোকপদি ঐখোইসু মাংদবা তাই, সদাচারনা খংই। ইবুঙোনা লুকহাবিবৈদা ভোজন শকপদা হাঙ্ঘি, য়াকথিল্লবা শনাগী চৈ কৎসিনবে= "স্মবর্ণ খরিকা" হাঙ্ঘি, মাদুসু শ্রীমহাপ্রভুগী সম্প্রদায়না তৌদবা রানি, ময়াং মরোনদা শেমজিনবনি ঐখোইগী মত নত্তে।

---